# থৌসিনকোনগী ঙৈ-পাও

কৌক্র লাইকমদ ইমোইনু অহোংবীগী ইরাৎ :—হৌখিব মাকতি ১২ ইমোইনু অহোংবী ঊমাগী ইরাৎ সলাই পুরেল উজা কাংজীরাম লুচিং-বীদুন সলাই পুন্সিকম অমসুং কংলৈপাক থৌসিনকোনগী পিবা চঙ্গবাগী খুংগং অমন কৌক্র লাইকমদ মৈরা ১০০ কত্তুনা পাংথোক্লুরে। মীরোল ৭ অসি খুতম অশিবু অথঙব অমত্তা-লৈতবদগী থৌরম তৌবীদুনা শিথরুব-দগী সলাই পুন্সিকম থিজিন্দুনা চহি ৭ চুপ্প থৌরাই মি হাপ্পগী থৌরম পাং-থোক্লগা মীয়াম পুন্নমক্তা খুরুম য়াহনখি। হৌজিক্তি কংলৈচা চা কয়ান খঙনরক্তুনা থৌরম পাংথোক্লব হৌরক্লে।

হরাউথেলদসু হরাওবগী থৌরম পাংথোকত্রে :—ইমোইনু ইরাৎক মরী লৈনন কৌক্র লাইকমদ লৈব হরাউথেলদসু মপুং ফান হরাউবগী থৌরম পাংথোকত্রে। কংলৈপাক অসিগী লাই হরাউবগী হৌরকফম ওইরিব হরাওথেল খুতম অসিবুসু অথঙ অহৈ অমত্তন মসক খঙন থিজিন্দুনা থৌরম তৌবীরক্লবদগী সলাই পুন্সিকম থিজিন্দুনা হরাউরকপ হন্দকী অসিন অহমলক সুবনি। সলাই কাংলোন সিন্দমসংগী সিন্দমলোই পিবা চঙ্গ-বাসিংন নুমিৎসিদ তা খুরুম্ব, থাও পুরুম্ব, মুংলান খুরুম্ব, মুক্রা, থাও য়ায়ব, অনি চায়নব, থোঙলান, খুৎপায় মরোল, লাইনিং খুদা ১১ অমসুং মথল মথেল কয়াগী কাংলোম কুম্মৈসিং উৎখি।

খুভম কাব সলাই পুন্সিকম সংলেন্দ (চাংলে :—ইমোইনু অহোং-বীগী থৌরম কৌক্র লাইকমদ পাংথোক্লুব অদুগী রারেপ অমন তেরা রাংথোম্বীদ পাংথোক্লব নোংমাইজিং খুভম কাব অদু সলাই পুন্সিকম সংলেন, সলাইকোন—ভাউথোং, লমসাংদ ওইন অয়ুকী পুং ১১ দগী পাংথোকপ হৌত্রে।

ফাইরেল ৫ নি মাইচৌ নিংসিং কুমওন পাংথোকদোরি :—কংলৈ-পাক থৌসিনকোন লৈংবিরম্ব মাইচৌ থোকাচানববু নিংসিংজহুন চহি খুদিংগী পাংথোকপ "মাইচৌ নিংসিং কুমওন" হন্দক্তগী হৌন কংলৈপাক অসিগী মাইচৌ পুন্নমকপুসু নিংসিংবে ওইন পাংথোক্লগনি হায়ন ১৪১ সুব খুভম কাঁবগী থৌরমদ রারেপ লৌত্রে। লাক্লিব চৈচৎ ৩। ২। ৮৭ ইং ফাইরেল ৫ নি পানব লৈপাক্নপোকপ মুমিংত কুমওন অসি অয়ুক পুং ১০ দগী সলাই পুন্সিকম সংলেন্দ পাংথোক্লগনি। থৌরম অসিদ পাথৌ কয়ান মাইচৌসিংগী মরমদ রা ভাংগদৌরি।

—ভাঙোম্ব নিংথেম।

# KANGLEIKHOL

Office of the Kangleikhol
(Regd No RN 34203/79 New Delhi
R.M.C Road, Naga Mapal Imphal
Pin : 795001, The largest circulated
Journal of its kind in the North East
Region of India

## ভারতকী মীনায় য়োংহিং থদংপদ কংখ্রোকখীবী চন্নুরা সিংবু নিংসিংবিদব চুমদে

ভারতন নিংতম্বগী থৌরম পাংথোকখিবদি আগস্ত ১৫, খ্রি : ১৯৪৭ অসিদ অহানব নংখিদে। খ্রি ' ১৯৫০ গী জানুৱারি ২৬ ত পাংথোকখিব রিপব্লিক-দে অহুনস্থু নিংতম্বগী অহানব থৌরম নংখিদে। ভারতকী থম্মোয়দন নিং তম্মকুম ১৯৪৭ কী আগস্ত ১৫ গী মমাংদ করারক নিং তম্বগী থৌরম পাংথোকপ্রবনি। নিং তম্মব থম্মোয় অম ভারতকী লৈজৈ তাকুনব হোৎনবদ ভারতকী চন্নুরা কন্না মপুনসি কংখি। কংলৈপাক অসিদস্থু ব্রিতিস লৈঙাকী নিংতম্ব মাঙহলকপ অসি খ্রি: ১৯০৪ গী 'অহানব নুপী লাল' অহুন হৌপ্রবনি, খ্রি ১৯৩৯ গী 'অনিশুব নুপী লাল' অহুনদি ব্রিতিস লৈঙাক লোম্লকদোরে হায়বগী পাউকং পিপ্রবনি।

'মসি ঐখোয়গী লৈপাক্নি, নগোয়গী নত্তে' হায়ব খঙহনবদ কংলৈপাকী চন্নুরা কন্না কংথোকপগী য়াথলগ লোয়নন মীরৈবাক লৈঙাকপু নিকথব হোৌগংখি। অমুক ভারতকী চন্নুরা কয়া অমগু মীথা পোল্লয়োই হায়বগী য়ারেপ লৌহুন মপুনসি কংখিবনি।

## নিংসিংবিদ্রব ভারত চন্নুসিং নিংসিংসি

খ্রি: ১৯৩০ গী জনুৱারি ২৬, ওসিদগী চহি ৫৭ কী মমাং, জনুৱারি ১০, ১৯৪৭ ইং য়োৌগদব চহি ১৭ য়াংলিঙৈনি। রবী তুরেলগী ভোকা'ন্দ নুমিৎ অসিদ মকথংগী কংগ্রেস প্রসিদেন্ত পন্দিত জবহরলাল নেহরুন ভারতকী অহানব নিং তম্বগী ফিরাল চিংখৎখি। চহি খুদিংগী জনুৱারী ২৬ অসিবু ভারতকী নিংতম-নুমিৎ হায়হুন থৌরম পাংথোকখি। নিংতম নুমিৎ তাকপ অসি কংগ্রেস য়ার্কীং কমিতিগী চৈচং ২,১৯৩০ ইংগী মীতিংদ লেপখিবনি।

চহি ৫৭ কী মমাংদ লেপখিব নিংতম ম্নিং অসিগী মমল চপ চান ভারতকী চন্নরাসিংন পিখি। চিতাগোংদ ইউরোপিয়ান ক্লবপু ইহান হায় ভারতকীদমক থরায় কংথোকখিবী প্রীতিলতা' য়াদ্দেদারন লান্দাখি। ভারতকী চনুরায় ভারতকী-দমক থরায় থাদোকপ ওবই হায়বসি চনুরা প্রীতিলতান ইহান হানব তাকখি। কলকত্তাগী কনভোকেসন হোলদ বীনা দাসন গভরনরবু নোংমৈন কাপথকুন মীরৈ থাক মচাসিংবু মথরায় পিকসিনহনব ওবখি। চনু বীনা দাস অমসুং প্রীতিলতাবু ওসিগী মীরোল অসিন নিংসিংবিদব অসি চুম্নী হায়রন লৌব য়াদে।

নৌরিবী ভারত চনু সান্তি অমসুং সুনিতি কনানম্ব নিংসিংবিদে। কোমিলাগী কলেক্তরবু কাপথুরন থরায় নৌপ্রিবী ভারত চনু সুনিতি অমসুং সান্তিনি। কোমি-লাগী কলেক্তরন মসাগী বঙ্গলোদ লৈরিঙৈদ হাংখিবী চনু অনি অসি চহি মুপগী ১৪ রোমতমক তাইরিবীসিংনি।

ভগতসিং, জতিন দাস, সুখদেও, রাজ গুরুনচিংব মথৌনা কব ভারতকী পাথৌসিংগী মরক্ত চপ ম'ন্নন থৌদাং লৌপ্রিবী ভারত চনুসিংবু সিংথাবিদব অসি তসেংন লাইবক থিবনি। সরোজিনী নাইড়ু, বি লক্ষমী পন্দিত, কস্তুরবা অমসুং কমলা নেহরুনচিংব ভারত চনুসিং'গী মরক্ত মপান নাইদন কংথোকপ্রবী চনুসিং অসিসু য়াওহনফম থোকই।

## মসিং চনন্দ্রিব কংলৈ চনু'সিং মসিং চলহনসি

১৯০৪ অমদি ১৯৩৯ গী নুপী লাল থেনথাং অনিরক্ত ব্রিতিস লৈঙাকী মায়ওক্ত লান্দাখিবী কংলৈ চনুসিং ভারতকী মীহোৌরোল থোংচিনবদ মসীং চন্নি। ব্রিতিস ওফিসারসিংবু মনা পায়দুন চৌক্রিদগী চিংথব ৎমখিবী, ন্যংলাদ পুং কয়া য়াইফো ফৌহ্রুন থম ওবখিবী, করিনুংগীনো খস্তুন মকোক থোত্তুন থাংহনব ওমখিবী কংলৈ চনুরাসিংগী মসক থোকপ মফম অম ভারতকী মীহোৌরোন্দ মফম ফংখ্রি।

মসি কংলৈচা মীহোৌরোন সুবসিং অমদি লৈতাক লোয়মংন থজিত্তং থৌদাং লৌবিবদ নরু ওইখোকহনব য়াব লৈ। মতম থরগী মমাংদ বোদ' ওক সেকেন্দরি ইদ্যুকেসনগী সেক্রেতরীন ভারতপুমগী ওইব মহৈ মসিং তবগী থোংথাদ 'ন্যগীলাল'

[illegible] [illegible] [illegible] তেরা মুক মরম লৌখৎলকপগী থাজব নৈরে হায়রম্ব কোং-[illegible]নি। অদুগী ভারতকী লৈপাক অমৈসিংদ তম্মবদি ঈমাসিং অমুম কং-[illegible]কখিবগী মমল থম্লদং ওইরবস্থ ভসিঙ্গী মীয়োল অসিন পিন ভমরে হায়বন [illegible] থোকই।

অসিগুম্বম নক্ত নৈরব ওইথোকহনজব লম্বী তেন্নব মতাং অসিদ নৈঙাক [illegible] থোকং অসি তোকনিং হলহনবিদনব চংসিনবিরবদি তুংগী মীয়োল [illegible] নিংসিনহোৎনি।

## ঈনাৎকী কাংলুপসিংস্থ তসেংন সোয়ে

মমি সায়রব ঈনাংকী সতম কমনব লিংথংনরিব কাংলুপসিং অসিম্ব মাংলোমদ চংসিনব মায় মাংলে। মতমগ চায়ব থোঙথাং, চাওথংনব মালেমসিগী মাংন চেল্লিব লমজেল অমদি অনৌব মঙালগী মাওল মায়ওক্কবদ মায় পাকপ ওমজ্রি, মায় [illegible]। থিজিনব হমজিনব, উজা নাইব, লাইরিক মাম পাব, পুক্তা মায় নৈনব, [illegible] কুপ্প থিগৎপ—অচুম লম্বীদ অচুম মচাকজিং সিজিন্নব ভমজন চমুব [illegible] থম্বুন লৈরিব থুনাই অসিবু ভানথোকহনব তঙাই ফদব থোদাংনি।

ঈনাৎ পুখৎলিবসিংন মী থরতগী ওইব অখুব লম্নেল চৎলহন লৈরবদি, লৈপাক বা অচৌবদি অমুম্মক তুমহন লৈথিব তাবনি। মায় চংপ, মায় থিব, মায় লোম কনব, ওইজব থাদোকপ, কংথোকপগী থম্মোয় চেনব, পুকচেল পিকসিন্দব, অথতবস্থ থওই থঙজবহুবুন থঙদে হায়ব, থম্মোয় ভিংন তুংগী লাইপক লেপলম্বব সেংন চংপ মথৌ তাই। নক্ষবদি লম্রাই অথুব ম্রিংম্নেং সাগৎনরবদি ঈনাংকী অসেংব [illegible] পুরকপ ওইথোক্লোই।

থিরকপ হম্নকপ মীওই কয়াবু অঙথ মতেং পাংননব ঈনাংকী কাংলুপ খুদিংন থম্মোয় সেংন লেপ্লিফম থোকই। সেংব ভমজ্রবদি থঙজনিংব পুম্নমক হনজানথিব তাবনি। *



লাইনিং লাতম

লাইনীং নৈনসং সলাই পুলিকম

হান্নগী মথা—

পাক্তক্লন

# ইপুধৌ ইবেনধৌ তোংলকপ

## (অমম-থাজরা? কাংলোন নাইবরা?)

২-সুব সরুক

মমাংগী ৬৬ সুব চেফোংদ অণ্ডকপ মওংদ লাই তোংলকপগী ারী, মহুবু থাজদব মীওইসিংগী রারোল, অপং-থাজ কৌব লাম্নি হায়বগী সেংদোকপ অমদি অমম-থাজনি খল্লম্বদগী কাংলোন নৈব (সাইন্তিফিক) ওইরমহুন মীওইবদ অণ্ডকপ ফংন মন্তাল পিথিবগী নৈনরোন কয়া হাপখ্রে। ৬৭ সুব চেফোং অসিদ হান্নন মহাদেব তোংব দেবী তোংব ভাক্ত ওইন মীয়াম্ন উন্নগ করিগী ২০ সুব চহিচাগী মন্নাম নবদগীদি ইপুধৌ ইবেনধৌ ভাক্ত মসীং হেন্ন তোংলক্লিবনো হায়বদগী হৌন মথা অমুক নৈনরি।

# মচ্যানেবনগী ইপুখো-ইবেনখো ওহ্নরকপ

পামহৈব নিংথৌন য়ামাদ্রেত লাইনিং লৌগনি, লৈপাকন্থ চৎহনগনি হায়রুন লেপখ্রব মতম হোংদোক্লব য়ায়রোইদব থাক য়ৌখ্রবদ ওইনাম সৱৈ সেখাং খুৎলৈখোয়ন নিংথৌন নিডাই তৌখি। নিংথৌগী অনিংবছদি লৈপাক মচাসিংন থুংহনখদৌরি, অহুগ লৈপাকী অনিংবদি নিংথৌন থুংহন-বিরোইদ্রা? য়াহং অসি তরাই তরাইব ওইখিদে, খুম্ব হৈত্রবদি লৈপাক-লাল (সিভিল ৱার) থোরকপ য়ারিবনি। খুম্ব লুবগী মতিক য়াখল খন্নরগ পামহৈব নিংথৌন "ঐন নিংশিবসিবু থুংহনবিব্রবদি লৈপাক নিংজি-বছন্থ ঐন থুংহনগনি" হায়ন পাউথুম পীরে। মতমন্থদত য়ামাদ্রেত লোব য়ানখিবনি।

অছুদি লৈপাকী অনিংবছদি করিনো? কন লুব য়াফম ওইহুন নিংথৌন য়াদব য়াদহুন য়াখিবনি। লুবগী মতিক ফজে। ফজবগী মতিক মমলন্থ য়াম্মী, মমল য়াম্বগী মতিক লৈপাক মায় পাক্লকদৌরিবনি। "অছুদি মীয়োন তন্নেংখক্তি নিংথৌন পাক্লবিন নিংথৌগী ওইজয়ো, মীয়োন তন্নেংকী মতুংদদি সনামহী লাইনিংদ অমুক হনজিন্দুন ঈপালাই ঈপুলাই মসক খঙব অমুক হোহুন হৌরককমদ হনজিনগে, মুংথং ঈরুপ্পগী মতম অছুন লোইনসি।" পরিং চুম থাংজিন্নবিব লৈপাক মীয়ামগী য়াকথসি নিংথৌন য়াদব ওমখিত্রে। ইপুখো পাথংব পন্দুন য়াসকখি। মীয়োন তন্নেংতগী হেন্ন নিংথৌ-লৈপাক অনিগী সাইদাংবগী য়ান-য়া অহু চৎনজ্রব হায়ব য়াসক্লখি।

চৈথারোল কুম্বাবম হায়-মলিয়া কুমসাং ৩১২৬ (খ্রিঃ ১৭২৯) য়াক-চিং খানিল য়ুমসংকৈস লুমিত্ত গরিবনিৱাজ নিংথৌন্থ মহাকী গুরুন্থ (সান্তিদাস) য়াসক্লহুন শিলোং ফুরেন্দ ঈরুপ্পে। মশিবু ফুংলাযচংকী কাংলৈ-চাসিংন "নোংখ্রং ঈরুপ" হায়ন খঙনরিবসিনি। মুনিং অসিদনি ঈহান

## ইরমদমগী লাইরিক হৈবসিংন অসুম্ন হায়

## পুথোকপ--ঙাঙোম্ব নিংথেম।

ই, নীলকান্ত আর্ত এন্দ কলচরগী দিরেক্তর ওইরিবি উজাবু ইকাই খুম্নবগ লোম্নন সম লৌথংচরি। উজা নীলকান্তন হায়রি—

১। সিব (মহাদেব) গী মরম ইব পুয়া (সিবিক্তা সিবজাদগী লেমদোকপ) পাম্বোইবী (মকম মথমগী দেবী), ওকগী রাথয়োন (সিব ধর্মগী, শৈবিজমগী খুদোল), তানত্রিক সিম্বাল লেপ্পক ওইবব অক্তিন হৌব, হিন্দুগী কুন্দালিনিগী রাথয়োনগ মান্নব পাথংবগী মওং মরাম অসিগী পুয়া অমদি মনিপুরীগী লাইরেলসিং অসিন মনিপুর অসি থায়নরু হৌজিকসু সিব (মহাদেব) অমদি দেবীগী লৈপাক্তি হায়'সি তাকই।

২। মীতৈগী অখণ্ড অহেসিং থরন মনিপুরীসি'ন হিন্দু ওইবসি ১৮ সুব সদাব্দি-দগীনি হায়রিবসি অনুক সাংলব ইনাংকী পরীং (সিব মহাদেব অমদি দেবী নীংব) অসিবু মাঙহনব ওইগনি।

৩। মনিপুরীসিংন বেঙ্গলীসি বু মতম পুম্বগী ওইন থাগৎচরম থোকই, বেঙ্গলী-সিংন মনিপুরীসিংন ফজব, চিংলেম্ব অমমুং পুক্লিংগী কলা ফোংদোকপ ওবীবনি। মনিপুরীসিংনসু বেঙ্গলীসিংদ অসিগুম্ব তবীবগী লমল সিংজি।

হিস্তরি কন এন্দ কলচরেল স্লিলেসন
বিতুইন মনিপুর, আসাম এন্দ বেঙ্গল
—কোংব, মনিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল।

৪। কুইম্বব মতমদগী শৈব ধর্ম লৈয়ে, সুবিক্তা, সিবজা অমমুং মহাদেবগী ত্রিসুলদ চীংনুংহুত্ত ঈসিং চিংবদ সাওম্বিব সিবমহাদেবগী লোম্নবীনি (লৌরবী নুপীনি) হায়ন নিংজম্বিব মাইবীসিং — লাইনুরা ৭কী বারীদ শৈব ধর্ম' সক্তি অমদি তন্ত্রসাস্ত্রগী মলক নিংখিজন সাওই।

খতু ৭৬/৭৭ সুব চেক্কোং (দ কলচরেল ফোরম, মনিপুর)।

হায় কংলৈপাক্কী মীহৌরোন্দ মীযান লাইনিংগী লুকুন (লু+কুন) থাংব হৌখিবসি। ওসি ১২৮৭ চংলবসিদদি চহি ২৫৮ সুরক্নে। মতাং সিমক্তদ চৈথারোল কৃন্দাবন হায়—"মরাং লমদগী থাকুম মহত্তনচিংথ সাগৈ খিবিক য়াওন গুরুন (সান্তদাস মহন্তন) কৌথোক্লবএ।" কুম অহুম সাদোকপম সাইপুন চৈথাব চহিনি।

রাসকখিব লুমিত্তগীদি হৌজিক নিংথৌরোল ২৫ সুরে, চহি ২৫৮ লোম হায়জিল্লক্নে। নিংথৌরোল অমত্ত কুইন পানব ওমদতুন ২৫ সুগ্রবসু মীরোন্দি ৭ পুংলোম লোমজি হায়ম খিজিনবসিংন পানরি। অহুবু ৭ সুব মীরোন্দি ওসি ওসিমক্কী মীরোম ওইবি। মীরোম অসি হাইজিল্লকপ-দগীনি করি লাই তোংলিবনো লাইখায় খওদতুম চিনবুংদ মহাদেব ফাওরে হেক্ত চয় হায়নরম্বহু তোক্লব হৌরক্লিবসি। লাইখায় তাব হৌরে, নোংপোক নিংথৌ তোংব, পানথোইবী তোংব, পাখংব তোংব, হাওরৈম তোংব, নোংদোন লাইরেম্ম তোংব হায়তুন লাইসক থোরক্নে। তোংলিব লাইন মাগী মাগী মমিং তোংলিব মীসকুদ সেংন তারক্নে।

ওসিদি মহাদেব তোংলে হায়নত্রৈ, কাউবু কাউনরক্নে। ইপুথৌ ইবেনথৌ ওাক্ত পাক্তন ফাওরক্নে। লাই তোংবগী মীলীংসু অওকপ ফংন হেনগংলক্নে। লাইসু মীসু রাসক ওাক্লব ওইন উরে। মতম থোং-লৈ পুয়াম "কোয়ন পুয়া থিরখিনি" হায়বহু মতাং অসিনি। কনানসু থিংব য়ারবোই। সনামহী লাইনিংন হৌগংলক্লিবসি কনাগী থৌইনসিন য়াওখিদে। মতোমত ওানথোকচরকখিবনি। মতম সুরক্তন সাকোং-লক্লবনি। মীতৈ মরেক চংলিবসি কনানসু নত্তে, মতম সুরক্লবনি।

## লাই তোংবন করিনো করিনো রাম হায়

লাই তোংব হায়বসি মনিংনি, মী চৈব ওমী, মুব ওমী, মীবু মুম-হৎপ ওমী। লাই থাজদতুন লৈরমদগী মুবাল পুন্সিফাওব থাদোকুব

# সিদ-হিদাক--২

## (তেরা মর)

মসা ফবদ, পুন্সিরোল সান্নবদ, সাজেল কাংলোন্দ, লান্মীদ মমিং লৈখিব কংলৈচা-সিং অহৌ মচা মস্থ ঐখোয় শুলিদি চাং হম্বরে। চা ওখৎলকত্রে, হেনগংত্রে, ব্রাংথরক্রে। চাং তারকপ হান্নবসি খুনাই অসিগী পুন্সি হকচাংগী লমদ খুলোং থিনিংঙাই ওইরক্রে তাকপনি।

নহা ওইন ফদী কংব, খঙ্খোয়গী লায়না চেনব, ঈচেল য্রাংপ, চনুরাসিংগী ঈগী ঈরম মংলক্কত, করিব্রহদ অয়ব ওইরকপ, থবক অকনব তৌবদ লদো থোংব পুন্নমকসি মতৌং মাঙ্খরকপগী খুদমনি। মতৌং লৈব্রব পুনসিদি মরম পুন্নমক্ত মপুং ফাদে, অনিংব পাংথোকপ ঙমদে। হকচাংগী মতৌং কায়বগী খ্বাইদগী ফব হীদাকসিংগী মনুংদ তেরা মর অসি খথমবনি।

তেরা পাম্বীগী লৈনুংদ তাব ভৌন ফজব মরু অহুমুনি। নিংথিন কঙুন লৌরগ কাংগোয় সান সান লুন নান্ন মকক কক্লগ মখুম খুম নিঙ্কি অমদ থমগনি। মোংমগী ঙৈহাক ঙৈহাক নুংসাদ কোদোক্ত্রগ হুমিং ৪/৫ নি থোরাং তোঙ্গন কংহল্লগ লীঙ্গন থমগনি।

সিজিন্নবগী মওং :—তেরা মরু কাংগোই অহ্ গ্রাম ৫০ লৌরগ থোইহী অসেংব চমচ (টি স্পুন) ৩ গ রান্নরগ রাম তোইন ১১/৫০ রক সায় সায়ঙ্গন চাগনি। নাং নাং লাউব মকোল লোইব নাইদন থোরক্নি। অঙ্গকী মতিক সান্নগ অঙ্কী মতিক রাম মনাং থোরক্নি, মকক মচা অমন খোঁবোম থমগনি। থমুক চাকচানাং অঙনবদ চাং অসি অম্ম চয়োল ৩ চাবদ হকচাং মতৌং হেনগংকনি।

থম্বক মূব অমদি সান্নবোন্নসিংগী :— থবক কম নোম্ব অমদি পাজস রায় চংন সান্নব মীওইসিংগী দমক্তদী তেরা মরুগী হিদাক অনি সিদ হিদাকি। কুইন থবক নোম্ব ঙমহল্লি, সান্নবদ সাংন সান্নব ঙমহল্লি (তুমিনা পি)।

## কংলৈখোল লৌবগী সেন্দা

চেকোং ১গী মমল লুপা ৪/-তনি
থা ৩গী মমল লুপা ১২/-
থা ৬কী মমল লুপা ২২/-
চহি ১গী মমল লুপা ৪৪/- নি।

পোস্ত থাবগীদি অহেনব লুপা ১.৫০ লুপা ৩.০০ অমসুং লুপা ৬.০০ পোস্তেল চার্জ থাবীরকদবনি।

মপুন্সিদ অমুক্ত তমহুন হৈখিব লৈত্রিব লুরি লুরব মহৈ কয়া হৈরকই। তুংদ থোকদব য়া ভাংলকই। তর থুদ অভাং ঈসিংদ ভাবহু মমিং উইসিন্নগ হায়রকই, অমুক্ত মপুন্সিদ উখিত্রিব মী অত্ত হেক উবদ লায়থুং লাইনা চশান পক্লিংসিংগু অমত্ত চিথদন হায়রকই। পোক্লকহৈদগী মাইব অমত্তগা কাংলোন খণ্ডত্রিব ইচুম চম পুন্সি অহুন লুর লুরব লায়না কয় গী হিদাক মসীং খণ্ডদন হায়ব ওম্মা, মাইব দাক্তর কয়ান ফহনব ওম্মক্তব লায়না মখোয়ন তাকপা হিদাক্তন ফহনব য়াওরকই। মীন চংন্দব অয়াপপ চীংগী মোংসোংদ লৈব পোং অমুক্ত য়োক্লত্রিব মফমহুদ লৈফম তাকই, চংলুরগ য়েংবদ চপ চান লৈরম্মি।

মখোয মীনম্ব ভাংলগে হায়দুন, লাই তোংসিন্নবগে হায়হুন তৌবদি নংত্রি। মহুগী সিনফমহু মসান স্নুকপাম পামজদহুন য়েসিনবিরো হায়-হুন তোয়ন হায়। মসি তৌগে হায়ন তৌব নম্ভে। মতোমত ওইজ্র-রকপনি।

লম্বীদ অস্নুম ল কপদ উন্নরকপ মীফাওব মসক মচু, ফিসেং চপ চান হায়ব যাওরি। মচা মস্নুগী ঈমুং মন্নুগী অয়োনব য়া কয়া অমুক্তস্নু উন্নখিত্রিব লাইপাউ চেনবসিংন ইকোম্ক কোয় হায়দোরকপ য়াওরি। মসা ফাওব খণ্ডজরমত্রিব তম্লেংব অচুম্ব য়া কয়া লাইপাউ চেনবসিংন হায়দোকলিরক্লব মতমদ খণ্ডজব য়াওরি। লম্বীদু অস্নুম চংমিন্নবদ হিদাক পাম্বী মীন মসক খণ্ডনদব অম উবদ মসি হিদাক পাম্বীনি হেকউ অনাব অহুদ ফবনি হেক্ত হায়ব য়াওরি। মহু তৌরগ অনাবহু পুংফ ফহুন মপুন্সিহু মী ওইনরি।

অহুনদি অমম-থাজনি, অপংবম থাজবনি খল্লগ মীওইবগী পুন্সিগী অজকপ কয়া খণ্ডদন নৈনবদ সন্নাক য়াব ওমদন ইতাউ-তাউহুন অতৈ খৌরায় পানবসিংগুম মীওইবমম লৈথোকপদি খণ্ডব য়াক্তুন হম্বব সিংগী থাক্ত লেনব নত্তন অতৈ কয়িন্নু ওইরোই। অতাওব পোং লৈনগদবনি, খণ্ডননব হোংনগদবনি।

## ম্যাইবগী হৌদাক থাউ—২

### (য়েনমৌনব)

য়েনমৌনব হায়বসি চারিব চিঙ্গাকসিংদ মচল চাদহ্নন থোকপ চিঙ্গাক্ন হ ওইরকপগী থৌরোক্নি। চিঙ্গাক অমগ চিঙ্গাক অমগ তিম্নহ্নন চাবদ মৌনহ্নন (রিএক্সনথোক্নন) চারিব মী অহুদ সাথিব থুদোং থিব থোরকই। নক্রগ চারিব পোং অহুগ হাপ্পিব নক্রগ থৌজিব কোন অহুগ মৌনহ্নন থুদোংথিব থোকই, হেক্সিগন সিব সৈনাইব ওই থুদম অক্ন কোরীগী কোন্দ হরাই মতোন থহি সুম্নবদি মহিত্থ থকপদ মী সিগনি। কনিক্ক হ অমত্ত নত্তে।

লাইওং :—তিম্নরগ হ ওনব চিঙ্গাকসিং চাখিম্নবদগী থোরকপ য়েনমৌনবগী মওং-মিং অমি মখল য়াম্মী। খুদ্ৰইলগী তোয়ন থোক্লিব মওংদি (১) অহানবদ হন্দোক্লিংব, অব থুমিনি (২) মথংদ পোখাক্নম খওদন থক থক লাউবদগী মিং মওং কায়বকপ অমদি য়াথক য়াখা ক্রক ক্রক চিকসিল্লকপ অসিনি। অসি নত্তব কুচু ওল্লকপ, তৌদ অর অর তাহ্নন লৈব, য়াম্নবনচিংব মখল মথা কয়াদ লায়ওং অসি উংলকপম্ন যাই।

লায়েং :—মনা অকোম্নব কোমপ্রেক তাউথ্ৰা অসি মহি সেংন লৌরগ পিথকপদ কৈ। মতুং তারকপদম্ন মহ অহ মাওখিনব থোংলগ পিজগনি। থুংথোংদি থাউ থৌরল কাংলোই ওইন চম হ্নত্ন থোংগদবনি।

মম্না ক্রক ক্রক চিকসিনগ্নবদি থর লুম্নবনি খওগনি। মতাংদ য়োসিনগ্নবদি লহু লাকুং লেনথংখিবগী মথাক অহ্ কক্লগ মহী লৌহ্নন য়াথক যাখা অহ্ ফাক্কং-পিক্লগ তোংক্সে সেম্নগ হৈক্সিনগনবনি। অসুম অমুম য়া চিকসিল্লগ অহ্ কোম্নকনি কোম্নকপদ থুলোংথিবগী চাং হম্বরে লৌগনি।

## অসেংব থৌথোক কয়া লৈ

ঐহাক্ন সিন্দম্নোম্ন অম ওইজবিৈঙ মতমদ এম, এ, অবোইব চক্নিদ জমিৈঙদ থৌরি য়ান্দুন সিথিব হুপী অম করি হুংঙাইতব লৈবগী সিথিবনো খঙদহ্নন হুংনাংব অম অওকপ মওংদ মরম খওহনবগী থৌথোক অম

থেংনখি। মূপানগী সিন্দমলোয় অমন অচিকপদ অহাংব মকমদ ইনব পোৎ খর থম্লগ লাইরোল খর সোল্লগ হুংঙাইখিদব মরম অহু কনামত্ত য়াওদন অহাংব চেদ ইহল্লি। ইরিব থৌম্নি য়ানবগী মরম অহু অথওবসিংন মহু সোয়দন ওইরগনি, হাইফেং খওহৌই হায়ত্থন য়ায় ঙকপগ লোয়নন মথবায় পেনখি। চুম্নবস্থু লাল্লবস্থু সিন্দমলোয় অহুন হৈরিব মহে অহু করিগুম খবদি লৈব তাই। নৈনব য়াব য়াকম ওই।

থৌসিনকোন লিংখংপিরম্ব ঈয়াম্ব মায়চৌ থৌকাচানব ২সি চহি ১১ য়োম নক্ল লোয়নজহৌই। নোংম সোল্লিডেদ অহন অম লাক্লগ ফজখ্রব সন মপী মচা মাঙখিবগী অয়াব য়ায়ী সায়ম্মী। থা ৩ য়োম ফমুংদ সোন্দুন লৈরক্লব ঈয়াম্ব মায়চৌ অসিন য়ায় সোয় সন মপী মচা লৈকম অহু মিং উইসিল্লগ হায়রকখি। লম্বীগ চংকম কোম্মোংগ য়ুম অহুগী মওং মতৌগ চপ চান হায়খি। চেন্দূন মী থাহুন য়েংনক্কবদ সন মপী মচাহু ফংলকখি।

নক্ল নৈনব য়াবস্থু লৈ। ঐহাকী সিন্দমলোয় অম ইপুধৌ তোংবগী হায়ন লাইপাউ চেন্দূন লৈরম্লে। মী কয় লাকই, অওকপ খয়স্থু থোকখ্রে। মহাকী ইপুধৌন খুদক্ত তাক্লকপ নোংথামলোন অম হন্দকী লৌ মাঙখ্রিব নোংজু মমুংদ সোন্দুন চাংয়েং তৌরুবদ নোং মত্তেক অহু হাংদোকখিব্রম ঙকখি, হুমিদাংদ ময়া সোকখি য়া নোমহুন ঈ তাখি। ঐহাক্ল চেকসিন য়া খর হায়হুন খুদোংথিব থোক্তনব হোংনৈ।

য়ায় হুংঙাইরিবদি পুক্লিং কাংলোন খওব (সাইকোলোজিস্ত) কয়াগী নৈনফম য়ায় লৈ। ঐহাক্ল সলাই পুন্সিফমগী লাইনিংলোয় খরদ লাইনিং লম্বীগী কাংলোন খর পিরিভেদ পাৎলোই পার্ত য়ান্দ লৈব থৌসিন-কোনগী কলেজ তম্লিব লাইনিংলোয় অমন খুমুক (এস্ত্রেল বোদি) থেংনবগী থৌথোক তমখি। সনামহী লাইনিংদ ঐহাক খওব, মহাক খওব, নহাক খওব হায়হুন পোৎলক ৩ য়ায় লূন লৈ। মহুগী কাংলোন নৈনবদ খুমুক (এস্ত্রেল বোদি) করিনো তাক্লকপদ মহাক্ল ময়ামগী মাংদ মান

# ঈনাৎ মাঙহল্লগে থল্লবরা ?

'মনিপুর স্তেৎ কলা একাদেমি' ঈমালোন মচেৎ অমফাওব য়াওদে। মনিপুর হায়বসিন মহাভারতকীগ্রা ওইহল্লসি, স্তেৎ হায়বসিন ইংরেজী লোলনি, কলা হায়বসিন সংস্কৃতকী লোলনি, একাদেমি হায়বসিদি গ্রীক লোল অসোয়বগী লোবনি। পোৎচৎসিং অসি মাগী মাগী হৌরককমদ থিনথিল্লবগি মচেৎ অমফাওব কংলৈপাকী লৈহোৌররোই। মীপাল তাংখতন হৈনবী ওইগ্রব ঈনাগী সন্তম ভাকনি হায়বগী নুপা থোকপ নুপী থোকপ পুক্নিংগী মপাঙ্গল য়াওনগ্রবসিংনদি পূকচেল পিকপগী মাফম হায়রকনি। মীপাল তাংন হিংনিংবনুল পূকচেল চাউবনি হায়নিংগনি।

করে মমিং অসি হোংদোকপ ভমদন অত্তম লৈগ্রসনু। থবক্তি কংলৈপাক অসিগী লিংজিবসিন কংলৈপাকীদমক লেপকম থোকই। মত্রম্ব লেপনিংদে হায়ব উংজি। লমদম অসিগী লৈপাক ভাক্লোম অখণ্ড অহে কয়াগ লোয়নন য়াম চুম লেপগ্রব মীগী মরেক অসি কলাগীদমক লিংলিব মনিপুর স্তেৎ কলা একাদেমিন পাক চাউন সন্দোকফম থোকই, মীয়াম খঙহনব হোৎনবদ সরুক য়াফম থোকই। অদুবু একাদেমিগী মমিং থাকদ মীয়ামগী মরেক অসি সিজিন্নদে, মনিপুর স্তেৎ অসিগী মরেক অসি সিজিন্নদে। মীতৈ মরেক সুকহৈ হৈখ্রিদবদা। গ্রিয়রসনগী মরেক্কি হায়বদুগী খুদুং ইন্দুন ইরি। অদুনদি হন্দকী 'স্তেৎ কলা' হায়বসিগী 'স্তেৎ' অসিবু মনিপুর নত্রথবা অতোপ্পা ওরিসাদ লৈব মহাভারতকী মনিপুর অদুগী 'স্তেৎ' অদুগীদমক লিংলবরা ? হংলিংঙাইনি।

তৌরকপ থবক থুদিংদগী গৌরিমা মনাইসিংগী খুদোংচাব পিবভাক্ত অমাখ তৌই, সনামহী লাইনিং চংপ অমখক্তং ফাওবগী মসক থোকপ থবক অমত্ত তৌথিদ্রি। থাং-তাগী মীফম অমদ 'লৈকতর কম-দিমোক্র্যাসন' তৌনব গুরু মমাম পাউকৎচে পিদুন কৌযফাওবদ কংলৈখোলগী খোরিলাংব এনজী, কাংজীয়াবু থনগৎলকপদ তুংদ যুমাক মিং লাম লৈহৌনব হায়দুন খঙন খঙন খোঁওইন 'তাকয়েনজম গোপাল' হায়দুন থোরম পুরেংগী অমম চেল নমহল্লি, মিং যুমাক লায়রে হায়দুন চুমথোক্ল-খকাওবদ অদুম লাম রেকোর্দ থমখি। মহু সনামহী লাইনিং চংপ ওইবগীদমক অমম্ল তৌখ্রিব নত্তবরা ? করম ঈনাৎপুনো একাদেমিন য়োকখৎপিগদৌরিবনো ? মীয়াম হংনবরগনি। লমদম অসিব মাঙহল্লগে নিংলবরা ? *

তৌখিবষ্ঠ লিয়কপনি। মহাক্ক কনুংদ চুম্ন সুম হিপ্নিভৈদ তুম-মঙ মতবস্থ নত্তবদ মসান হিপ্নিব অদু কোককী খোঙলাওব খোঙ্গ্রাও কুরিংক কোমন অতোপ্প মী অম হিপ্প উবদৌন খুমা মপাগী কাংথোন মম্নাদ লৈরগ মসাবু মী অতৈ অম উবগুম উথি।

হৌজিক পুক্লিং কাংলোন্দ (সাইকোলোজিকেল তর্মদ) খুমক খঙব অসিবু ও, বি, ই (আউট ওফ বোদি এক্সপরিয়েন্স) হায়ন খঙনৈ। হক্কচাংন লেংদন লৈরগ খুমক 'এস্ত্রেল বোদি) অহুন খোরজুন অকোয়বা লৈব পোৎসিংবু থৌথোকসিংবু উব খঙব ঙম্বগী পাজল অসিবুসি ও, বি, ই হায়রিবসি। মহাকস্ন লাইপাউ চেল্লি।

থৌসিনকোনবী মনুংদ মাইব অহল অম য়াওরি। ঈয়াম্ব মাইব অসিনু মিনিবস ১ অমম্বদ থোমগাইরম্ব ত'তা ত্রক ১ চেনখিবষ্ঠু মুমিং নিনিঙী মতুংদ তুরেল খোংনুংদ চামহন লৈব খঙলখি। থোথোকসিং অসি অসেংব ঙাক্তনি। রাংলিব হায়ববু মহু নৈনব, করিনো খঙদোকপ অসিনি। আমেরিকা, রুস্যিয়া, ইজিপ্ত, ফ্রান্স, গ্রিসনচিংব লৈপাক কয়াদ মীওইবগী মসাদ থুপতুন লৈরিব ময়ায় পাজল মতিক কয়া লৌই লৈতন, নৈনরি থিজিল্লি সা উচেক্কাওবদ যুহার হাগদৌরে খঙলিব, ঈসিং চাওগদৌরে খঙলিব, মী সিগদৌরে খঙলিব মীওইবন খঙবদ রারিব কয়া মাংজোনন খঙব ঙম্বগী খুদম উরিবসি কাংলোনলোয় কয়ান (সাইন্তিস্ত কয়ান' অঙকপ ফংন নৈনরি। লাই তোংলিবসিংসিগী থৌথোকসিং অসি অরাংব থাক্কী নৈনবসি'দদি মমল নাইত্রব নৈনরম অমনি (ফিলম অমনি)।

## লমগী সনবু হাম্ন মচী সাংহনখিসি

পুক্লিং অমস্নুং পুন্সিগী কাংলোনলোয় কয়ান মালৈমসিং পাক্ চাউন মীওইবগী অতাওব পাজলসিংসিবু নৈনরি। অঙকপসিংবু হুন্দোক্লুন থক

থমদে, মরমদি গুসিগী রাওরোন ( ফিলোসোফি ) কাংলোন ( সাইন্স ) পুন্নমক অওকপসিংবু নৈনবদগী থোরকপত্তাক্তনি।

১৯৬৩ গী কেনেন্দর নম্বর অচৌব কম্পেনি অমগী প্রিন্তিং তৌরিব স্তাককী থোমী অমন নবেম্বরগী চৈচৎ ২২ অসি অথন্নব মচু অমন খত্তহৌদন নমখি। মুমিৎ অসি সিলহেন ( হোন্নিদে ) নত্তে। অতৈ সিলহেন মুমিংসিং অথন্নব মচুন নম্বগুম অওকপ পুক্লিংগী ইখিল অমন মরি লৈনদব মচম নাবম্বর ২২ অসি অথন্নব মচুন নমথোকখিবনি। কেলেন্দর কো'প্রব থা ১০ গ মুমিৎ ২২ নি শুবসিদনি আমেরিকাগী প্রেসিদেন্ত জোন এফ কেনেদি নোংমৈন কাপতুন হাংখ্রিবসি। মসি অমম-থাজ নত্তে থিজিনব লোইত্রিব অওকপ অমনি।

ৱাসিংতন দিসিদ লৈবা কিথুম পুবী জীনে দিক্সন হায়বী অসিন ১৯৫৬ তা লাইপাউ চেনখি - "১৯৬০ গী আমেরিকাগী ( ইউ,এস,এগী ) মীখল অসিদ দিমোক্রেত অমন মায়পাক্তনি. অদুবু মহাক প্রেসিদেন্ত ওইন ওইন হাংখিনি। " কিথুম পুবী দিক্সন কেনেদি সিগদগ চরোল ৩ থক্ত ওাইরক্লবদ ৱাসিংতন সোসাইতিগী চমুরা হার্দি কোপক লোয়ন্নন চাক চামিন্নরিডেগ জীনে দিক্সনগী মায়থোংদ লৈচিল থাজিনবগুম মমসিন-খিব উরম্মী। খুদক্তুদ জীনেন লাইপাউ পিরকখি "মহাক নোংমৈন কাপতুন সিরগনি। " চরোল ৩ লৈরগ কেনেদি কাপখি।

ল্যুকেমিয়ান নাত্তুন সেমি কোমাদ মামপক ভাতুন লৈখিব চহি ৮ থক্ত ওাইরিব ওহিযোগী কলম্বসত লাইকন্নরিব রিকিন নবেম্বর ২২গী অয়ুক পুং ৭ তাবদ মমিৎ পাংথোরক্লগ মমা বেত্তীবু খিরকখি অদুগ সিত্রিব প্রেসিদেন্ত কেনেদিবু সিরে হায়রকখি। লাইবক খিবদি অতাং অসি কেনেদি সিবগী পাউ তাখিদন অরোইব য়াখিপ তানখি।

প্রেসিদেন্ত কেনেদি সিবগী পাউ লাক্তব মিনিৎ ১৫ গী মমাংদ ব্রাউসন কাউন্তি জুনিয়র কলেজগী মহৈরোয় লৈসাবী দোনা ৱাদিন্ন

# মমি মুৎলব লাইকমসিং--২

## (সনামহী লোক)

হকচাং কয়াংকী কাংলোন্দ মুক্ষম ওইব মুর অমগী সনথোং থংব কাবু সনামহী কা কৌই। মুমগী সনথোংদ লৈ হায়দুনা লাইনিংথৌ সনামহীবু 'সনথোং অপানব' কৌই। লোইনরিবী লাইরেম্বীবুন 'সনথোং অপানবী' কৌই। মুমগী মরাংদ থোয়দোগী মসক ওইরব মুংশা লাইক লৈ। অমুম কংলৈপাক অসিদমু ভাইবং মীওইবগী হকচাং কয়াংকী সক্তম লোয়না লাইকমসিং লৈ।

কৌবরু চীংন লেম্ক ওইরগ লোক্তাক ফুমী তেংকোং ওই, কংলান থোয়দো ওই। থাথোং লাইথোং, মাঙংখোং অহুম হকচাংগী থোংলাব ৩ ওইদুনা কংলা। মমুংদ চেন্নি, মেন মফম থোয়দো ওই। ইংথোল অমদ ময়ায় কংলান থোয়দো ওই। অমুম কংলৈপাক লাইকয় লেপ্পদ সনথোং পাংবদ লাইনিংথৌ সনামহীগী খুত্তম লেপ্পুনা নিংসিংব থোক্তরব মতমদগী লৈরকই।

ওসিগী মীয়োন অসিত নত্তম মীয়োন ৭ লোয় লাইকম অসি থওনরকরে। চীংগী চীংয়াদ লৈথিবগ, মীগী লাইনিংদ মরোলমকী থওদম মুপসিন্নবগ, মীখা থাবগী পুন্সিবু পুন্সিনি নিংলুবগ 'সনামহী লোক' কৌব অরুব লাইকয় অম লৈ হায়বফাওব কনাসু থওনব উত্রে। কোয়ুংগী পন্দিত লোয়সংমু মায়চৌ অমত্ত য়াওরবসিদ 'সনামহী লোক' হায়ব মমিং অসিফাওব হংলুবদ অমত্ত থওত্রে। লাইনিংথৌগী থৌগল কুমজা কয়া মীয়োন কয়া মায়চৌসিংন সিন্নরমদুনা থৌগল চংলিব লাই মনাই খুলগী চীংগী অহলসিং অমুত্তন খুংন থিন্দুনা ভাকপ ওমই। অত্তেদি কনাসু থওনত্রে।

মফম অসি থাংজিং চীংজাওদগী অরাং পাংন কিলোমিতর থরগী লম চংলগ সনাংথেল ফাওদুনা হওোইপাং ভায় চংসিনরগ মরক্ত ফংব ফজরব সনামহীগী লাইকম অমনি। হৌজিককাওবদ লাইমনাইগী ঈচিল ঈনাওসিংন সজিফু চৈরাউবগ ময়ী লৈনন হৈকং লৈকং ভগ্নি, থৌগল চংলি। মীতৈ কনা অমত্তনমু থৌগল চংলত্রি। সনাই পুন্সিকম চহী ৩ গী মমাংদগী থৌগল চংলক্লিব অসিন লৈপাক অসিগীদি মীয়োন ৭ কী মতুংদ অহানবনি।*

[illegible] খঙহৌদন প্রেসিদেন্ত সিরে হায়রুন মিপাইবগ লোইনন ওনজবী থাদুন লাউরকখি। মোনা ব্রান্ডিস করম তৌন মঙলিবনো হংবদ "হেক্ক কম লাউনিংলকখি, মতোমত শোয়বকখিব হাইহেনিংনি" হায়রুন ওক্ক খুমখি। ময়াম ওক্কখি। মসি অমম-থাজ খক্তগী রাফম নত্তে মীওইবগী পুন্সিবু খিজিনব লোইদি বগী খুদম অমনি। করিগুম্ব খর মীওইবগী পুন্সিদ লৈরি হায়বসি লেংবমনি।

ক্রিস্তগী মাইল ৯ চৎলপ লৈব ক্রুসিদ্দ ও সুহুন লৈব চহি ২০ খক্ত ওায়রিব হেরোলদ লোত্রিজ মংতাকীদমক মমিং লৈখি। লোরোখি হাংখিব মীসক অসি পুন্সিসন থিগৎপ ওয়কত্রবদ মহাকী মমংদ [illegible] চহি ৪৭ সুরব এদোলপ হোতেন্সরগী মমিং থঃলকুন দোরোখি হাৎপ মীগী কেস পাযখৎখি। অমুম্ন লৈভাক লোয়সংন মাগী মাগী লৈপাকী লাইপাউ চেন্দব, কিথুম পুবসিংবু মতেং ওইনগদব মতাংদ মমল লৈন থম্মী।

## মুমগী সন্দি মচী তসেংন তেন্সবরা?

মিংন উব ওমদব থৌথোক উব, সমু হকচাং (ফিজিকেল বোদি) খমল্লগ খুমুক হকচাংন (এস্ত্রেল বোদিন) লম থাপ্ন কোয়ব ওম্ব অরাপ্পগী থৌথোক পাউ তম্ব ওম্ব, মী অমগী অনাবমু থুংলাই থাদ্রদন হায়ব ওম্ব. ম্যাইর দাক্তর নত্তন অনাবতু কোকদব হিদাক খুদক্ত হায়ব ওম্ব অসিনচিংব ময়াম অসি অমম-থাজ খক্তগী মুক্তমদ ইসম সমজিনব য়াদ্রোই। মীওইবগী লাইশক হায়ব ওম্ব (কোরচুন তেন্সব) কয়া চাঙ্গখল লৈপাক পুম্নমক লৈ, প্রাইদগী মরাঙ্গ শাকী অথঙ মহৈসিংন মখোয়গী [illegible] তাক-তোয়ন লৌনমি।

ভারতকী লৈখিত্রবী প্রাচীন [illegible] ইন্ডিয়া গানখিন [illegible] থমজব মহাকী লীক পরেং (মহাকী থাজন খওব ওরগী খুদোল) [illegible]

# মসিবু অবোম্বরা অরাম্বরা ?—২

"লৈয় অহুম্নক ওইবী নিংথৌ অহুমগ পাম্নবী লৈনুং মাবিরোক্ক নোংদা লাইরেল পাখংব পোকএ।" অহুম্ম পুম্নাদ ইরি।

নিংথৌ অহুমগ তোঙান তোঙান পাম্নহুন ইকোন কোনবগীদ নোংদা লাইরেল পাখংব পোকএ হায়ন ওইরবদি মাহং অম লাক্লগনি। তুমল লৌত্ন পোক্লকপ মচান নিংথৌ ওইব গাদে সাগৈগী পীবা ওইব য়াদে। নোংদা লাইরেল পাখংবদি নিংথৌনি। কংলৈপাক্কী ঈনাংত চৎনব য়াদব নামুংব থবকপু নোংদা লাইরেল পাখংবন তৌখিবরা ?

মহুম্নু মাম্নী অমনি। লৈম অহুম্নক ওইবী হায়বসি মতমহুদদি নিংথৌ খুত্তম অমত্ত চেৎন পান্দে। মলাই অমন অমুক পাল্লি, অমন অমুক পাল্লি। নিংথৌ অমন মাখথিহুন অমুক লোংলি লাল ঙমহুন অমুক নিংথৌ ওই। অমন অমুক ঙমহুন মহৎ সিল্লি। অম্নুম্ন চৎনব মরম—লৈম অহুম্নক ওইব হায়বসি নিংথৌ খুত্তম অহুম্নক ফংব ঙমহুন অহুম্নক লৈম ফমথোল কাববুমু 'লৈম অহুম্নক ওইবী নিংথৌ অহুমগ পাম্নবী' হায়হুন তৌংথাবনি হায়নসু ফংনরা।

অহু ওইরবদি নিংথৌ অহুম্নক ওইবগ পাম্নবী হায়ক্রিব করিগীনো ? হংখব মাক্রি। অমত্রামদন তুমল লৌরগ পোকপ মচা নিংথৌ ওইব য়াদে, তুমল অহুমক লৈম ফমথোল কাব য়াদে। অহুবু নিংথৌমু ওইরি, লৈমমু কারি। পুম্না অমত্তনমু তুম্নলন পোকপ নোংদা লাইরেল পাখংব হায়নদি হায়রমদে। লৈনুং মাবীরোকপুমু তুম্নলান হায়ন ইব পুম্না অমত্তমু লৈতে। মরক অসিদ 'নিংথৌ অহুমগ পাম্নবী' হায়রবসিদি মরেক দেংন ইহুন লৈরে।

মসিবু মীহোৎরোনগী অরোনব হায়বহুরা ? পাউরো তৌহুন ইরিবরা ? মরক অরানবরা ?

মীখলদ মায়থিখিব মতমদ সিব কাউহন মসাদ য়াওরমদবগী থুদম কয়া লৈখি। মতমফাওব মংনদ্রব হন্দিরা মীখলগী মায় পাক্লরোই হায়বসি মীখল তৌগ্রিঙেদ কিথুম পুবাসিংন ফোংদোকপ্রবনি ! কনানসু থাজখিদে, অদুসু চুমখি। কংলৈপাক মীখলগী অকনব তাপ্লক্ত লাইপক যেংনবগী থৌরম কয়া তৌই। মীন থাজনদবদ চুম চুম হায়ব ওস ওসী কয়া ভত্তন পাউ তানরি।

মতাংসিদ য়োত্রিব, সাসিন্নব অমদি পুক্লিংগী কারক্লিব ইথকসিং ফজন সিজিন্নবগী কাংলোন তমদত্তুন হাৎদোরকপ অরানব কয়াসু লৈগনি, লৈতব য়ারোই। অদুগ অসেংব মীওইবগী পুক্লদ অঙকপ পাঙল কয়া য়াওরিবনি হায়বসিমদি ককপ ঙম্রোই। পুক্লিং কাংলোন (সাইকোলোজিন) অচম মিৎন উব ঙমদব পোৎ উব ওম্বগী পাঙল অসিদু ই, এস, পি (এক্সত্রা সেন্সরি পরসেপসন) কৌই। সমু হকী ব্রাংমদ খুমুক হক (এস্ত্রল বোদি) চিংথোরকপ ওম্ব লাপ্ন চৎথোকপ ওম্বগী পাঙলবুন ও,বি,ই (আউত ওফ বোদি এক্সপরিয়েন্স) কৌই। খুমুক (এস্ত্রেল বোদি) অসিন চৎলিব, পাইত্তুন লেং ওৎপ ঙম্লিব, পোৎচাকী তাইবং নত্তব খুমুকী থবায়গী অমাদ মিরেলগী (কস্মিয়স এস্ত্রল ইমেজ) মফম্মুন তিল্লমলেন (এস্ত্রেল প্লেন) কৌই।

কংলৈপাক অসিগী লাইপোক কযান কুপ্প কুপ্পব মীওইবগী পাঙলসিং অসিবু অয়োবী থাক্ত নৈনরম্মী, খঙলম্মী, পুয়াসিংদ ইরম্মী, কাংলোন নাইন তম্ব সিন্দমলোইসিংদ তাকপিরম্মী। সিগমন্দ ফ্রোইদকী 'সাইকো-এনালাইসিস', এদলরগী 'ইন্দিভিজুয়েল সাইকোলোজি' অমসুং য়ুংগী 'এনালাইতিক সাইকোলোজি' পুথোকত্রিঙেদ মীওইবগী মং মরোল, পুক্লিংগী মহৈ, পুক্লিংগী তোঙান তোঙানব পাঙলসিং নিংথিন নৈনরম্ব কংলৈপাক অসিগী কাংলোনলোয় কয়া লৈখি। অদুগুম্ব লাইপোকসিং অদু ঙসিগী লাইরিক হৈবগী মীরোন অসিন অমম থাজগী চাউবোক্লি হায়ন লোব লানগনি। মতুগী মহুত্ত ঐখোয় করিমত্ত থঙদে, হৈদ্রে, থিজিন্দ্রে, মঙাল ফংব য়াৎলে, অনম অহা চুরে, হোৎনব কনাদ, তাউত্তুন লৈখোক্লে, লাইপোক ওইব ঙমদে হায়জবন হেন্ন চুম্নমগনি।

—মখা মথং চেকোংদ ফংবিগনি।

# কাংলোনগী তাইবং

## (ঈ লানমী)

লায়য়েং কাংলোম হায়ব য়াহৈ কয়া লৈ—ঈ কনব, ঈ লোনব, ঈ চাউব, ঈ পিকপ, ঈচেল লোনব, ঈচেল কনব, ঈ নোব, ঈ লিব, ঈ লীকপ, ঈ কংব, ঈ হোম, ঈচেল য়াংপ, ঈচেল কনব, ঈ ঙাওব, ঈ হাইগংপ অসিনচিংব। ঈন পুন্সিদ অঙকপ কুমহৈ সাম্রে। ঈন মীবু নুংঙাইহল্লি, য়াহল্লি, নাহল্লি, কলহল্লি, লোলহল্লি। ঈন পুন্সিদ লৌশ্লিব থৌদাং অসি অঙকপনি।

অঙকপসিংগী মনুংদগী থ্বাইদগী ওকপ অদু 'ঈ লানমী' অসিনি। হকচাংদ লান্দারকপ মপানগী য়েক্রব, মহীক, মশাং লাখা লাখা হুমিং থ্বাদিংগী চংলক্লিব পুমমক অকনব লাল লোয়য়ন শাইবং মীওইববু কল্লিব অসি ঈ লানমীসিং অসিনি। মতম পুমমক লাল লৌয়ন লৈব ফমমুন মিংকুপ অমত্তু লৈথোক্তব থ্বাইদগী চাউব 'ঈ লানমী' অসি লিম্ফোসাইৎ কৌই। ঈদ লৈব ঈলীক (সেল) পুমমক্তগী মথল অসিগী ঈ লানমী (লিম্ফোসাইৎ) অসি মসা চাউব কনব হেল্লি। ঈ লানমী অসি অমময় মাইক্রোন ৮ দগী মাইক্রোন ১০ ফাওব চাওই।

ঈ লানমীগী তেংগোল —মীওইদগী মসাদ ক্যুবিক মিলিমিতর ১ গী ঈদ ঈ লানমী (লিম্ফোসাইৎ) লিসিং ৮ য়াওই। ঙাগী ঈদদি ক্যুবিক মিলিমিতর ১ গী ঈদ লিসিং ৮০ যাওই। হায়বদি মীওইবদগী ঙাগী ঈ-লানমীন সরুক ১০ য়োম হেম য়াওরি। মপান্দগী লান্দারকপ মহীক, মশাং, তীল, হূ পুব লানমী কয়াবু মথোয়ন মায়থিব পিনব লাল লোক্কে, হকচাংবু য়েক্রবদগী কন্দুনা হিংহল্লি।

ঈ লানমীগী মপুন্সি — ঈ লানমী ১ গী মথৌদি হকচাং অসি কন্নবগীদমক থবায় থাব অসিনি। ঈ লানমী অমত্তন অহল ওইরবফাওব হিংদে, লালদ লোয়ন সিথি। ঈ লানমী ১ গী পুন্সিদি মীওইবগী ঈদ সিনিং ২৩ দগী নুমিং ১৫ নি ফাওবনি। নুমিং ১৫ নি হিংলিব ঈ লানমী অসিন থ্বাইদগী পুন্সিরবনি। অকনব মপান্দগী চংলকপ লায়না সন্দোক্লব শেক্রবগ অকনব লাল থেংনরবদি ঈ লানমী অমম মুপগী মিনিং ২৩ তমক হিংলমগ সিথি।

# সদীং সাকোক পুয়া

**পুয়া নৈনসং**
**সলাই পুন্সিফম**

—হায়গী মথা


পুয়া নৈনবা নাতন।

মমাংগী চেকোংদ সদীং পুয়া মথল ও সুবগী হায়ী, সদীং সাকোক করিনো, হী-য়াই ফুমুম মরু ওইব মফম ৩৪, তাকহৈদে হাযব অরুম মফমসিং অমদি করিগীদময় তাকতেদে হাযয়ন্নিবানা হাযবগী মতাং, পুয়া কয়া ফুমুম মফমসিং অমদি নৈনবোন মতেক মতেকসিং— মাওজৌনন নৈনখ্রে। মথা অসিদি সিদহীদাক হৌফম, মরু মরু ওইব পোৎ-চৈ, মাওব তাব য়াদব লাই অমম্বুং মীগী ললসিংগী মতাং লাক্রে।

সিদ হীদাক য়াইওইব হৌফম :— কৌবক্র চীংদ লাইনিংথৌ কৌবক্রগী লাইথা থংবদ হীদাক যাই সিদব হৌরিয়ে। মফমদি খোংনাং পোকপীগী নোংপোক থংবদনে। উ অসিগী উপালদি মচ় য়াউবনে। মনাগী মথোক্তি কোরি মাল্লি, মনাদি উ থগ্বাল মনা মাল্লি। মনমদি থাগী লৈহাউ মনমগুম নমএ। কৌবক্রদি সিদহীদাক হৌব য়াই চেনব চীংবীনে।

লংথবানগী থা থংবদ লাইনিংথৌ সনথোং অপানবগী লাংথাক্লম চীংজাং অনিগী মরক্ত সিদয়াই উপাল হৌএ। মথা থংব উসাদ মুক্তা পাম্রে,

ঈ লানমীগী মথৌ ।— ঈ লানমীগী মথৌ অসি য়েক্লব লাম্বেংলবত লমজ। সিয়ব হকচাংগী হক্লিক ( সেল ) ময়াম্, অমদি মতম লোইরব হক্লিকসিং অসিবু ঈ লানমীন মাঙহল্লি সেংদোকই। অনৌ অনৌব কয়া সাগৎনব অসিবসিংবু মাঙহনবা মকম পি। নৌব্রিব ঈ লানমীসিংন সিথিব হক্লিক কয়াগী মহুৎ সিয়ব অনৌব হকচাংগী হক্লিক ( সেল ) সাগৎপদ মতেং চাউন পাংই। সক্ক সেমগৎপ, লীসম ( কনেক্তিপ তিস্যু ) সেমগৎপ অমদি মকল (মসল, সাগৎপদ ঈ লানমী ( লিম্ফোসাইৎ ) মযাম অসিন মতেং পাংই।

ঈ লানমীগী মপাঙ্গল ।— ঈ লানমী ( লিম্ফোসাইৎ ) লাখ $2\frac{1}{2}$ মিলিং থুদিংগী টীলাকী লমীদ চংসিল্লি অতগ পূং ২৪ গী মনুংদ লাল সোক্লবদ সক্লক $\frac{1}{3}$ সিথি। ঈ লানমী অমমম্ম মপানগী য়েক্লব ( মাইক্রো অরগানিজম ) ১০ ফাওব লালদ হাৎপ ঙমী। ঈদত লানথেংনবব নত্তন লীসমসিংদ ( কনেক্তিপ তিস্যুসিংদ ) লুপথরক মফমদ্রু য়ৌসিনগ্লব য়েক্লব ( মাইক্রো অরগানিজম ) কয়াবু তাম্নগুন মায়থিব পিব ঙমই। অমুখ য়েক্লবসিংদগী হকচাংগী লীসমসিংবু কল্লি।

ঈ লানমীগী মথৌন ।—ত পব ময়ান কযা ( মাইক্রোবস ) মীওইবগী হকচাংদ চংলক্তুন মথোযগী ছন ঈ লানমীসিং অসি চাৎলি, সিচল্লি, তেঙ্গোল কয়া তুম্ম মাঙহল্লি। অদুবু ঈ লানমীন কৈদাংদা চংজদে। হকচাংবু কন্নব হোৎনবদ ঈ লানমী পরেং পরেং সিগ্রব ঈ লানমী ময়ামগী মহুৎ সিন্দুন লাল চংলিবব ঙাইদল লৈ। য়েক্লব মপানগী লাযনা সেমগৎনব চংলকপসিং অদুবু নমথতুন মায়থিব হেক সিগ্রিবর্কাওব ঈ লানমীসিং অসিন লানথেংনৈ।

ঈ লানমীগী হৌরকফম ।— হকচাংগী য়েক্লব কয়া মায়মোক্লব মিকুপ থুদিংগী কংথোকলিব ঈ লানমীসিং অসি ম্যাওরমম্রবদি মিৎ কুপ্পদসু লিংসা হোনজিনবদসু চাব থকপদসু মিনুং থুদিংগী চংলক্লিব মসক উদব মালেম সিনুব থুংন লৈরিব ময়ানসিং (মাইক্রোবস) অদিন মীওইববু মিনিং থরগী মনুংদ অমদি পুং থরগী মনুংদ মাঙলকনি, সাথিব মহীক কাংবু অমগী লান্দাদ মীওইবগী পুন্সি ঙক্লি কয়িক্ষ কার্যফম থক্তদন মাঙলমগদবনি।

নোংপোক থংব উলাদ লিল্লাই পান্নে, অরাং থংব উলাদ পুহান অমুব পান্নে, নোংচুপ থংব উলাদ পুহান অভাংব পান্নে। নোংদোল থংবদ নোংথৈ পান্নে। থাবী থাবা অসি পাল্লিঙৈদ নিংথৌ পোংব ১০ মা নোংথৈ খুনব চংনরমএ।

খাগেম্বগী মতমদ মায়চৌ ৫ ন হেক থুপখিবগ পামেল সিদব অসি খুত্থপ ৯ নমথখি।

হৈপোক চীংজিন খুমন সোয়গী খা থংবদ লাইরেম্মগী কায়দোংফম ওইহুন পুহান পাম্বী হৌই। উপালগী মচুদি য়াউএ, মনা কোরি চেল্লি। মনা কোয়য়াৎনৈএ। নোংমাইজিং মুমিংতু য়েংও উগনিয়ে।

খুমন সোয়গী হাইগৎপ চীংদোলগী নোংচুপ লোক্ত সিদহীদাক লামন অমুব হৌএ। মফমহুদ নিম মপান হৌবনে। তাকহৈদে লাইফমনে।

থাংগ চীংলক্ত সিদহীদাক মপান হৌএ। মাপুনে, মনাদি সংন য়াংলে, মপালদি হিগোক্রুম্ন কুযোম নাইয়ে। মনমদি হৈজাং মনমশুমএ।

লাইগী পোৎ লোৎলিব মফমসিং ঃ— সদীং সাকোক পুয়াদ লাইগী অরুব পোৎ চৈসিং লোৎসিল্লদ্বগী য়াফমস্থ ইবি।

য়াংখৈ চোংথু লমবেলদ পাথংবগী 'কাকথোল লৈয়ে' মফম অহুদ হৈবোং পাম্বী অম হৌবনে। চীংঙেরোং হাওতাবীগী মখোঙদ থাংলেন কিংনাইর লৈএ।

সিংথা য়াঙমখেলদ পাথংবগী কাংচুপ অম লৈএ। মফমদি নোংপোকী কুৎলিব অহুনে। খুত্থপ ৪ লুন লৈএ।

লাংচীংদ খোঙাক লাইরেম্মাগী সনাগী পৌরোন লৈয়ে। মফমদিখোংনাং হৌরিবনে। খুত্থপ অনি লুন লৈএ। বাক্রম পনথোংগী খোংনাং খা থংব মখোঙদ য়াই অম লৈএ। য়াংবরেন খান চাউবগী শুমাঙদ তেনবী য়াইওইব অম লৈএ। খুত্থপ অহুম লুন ফুমলিবনে। চীংদোন্দ সনাগী তাংবল অহুম লৈএ। ইমু অহুম তাইবংপানব হৌদোক্লুন বা ভাংনঙৈদ ফময়য় সনাগী তাংবলনে খুত্থপ ১ লুন লৈএ। নোংচুপ থংব অতোংব অহুগী মতোন্দ খৌরী কোংগোই য়াই ওইব ১ লৈএ। খুত্থপ ৪ লুন লৈয়ে।

অমুক মমল য়ামগ্রব মিকুপ ১ লেপ্পা লৈতন য়েক্সববু লানথেংনবিব ঈ লানমী-সিং অসিগী থবগী অহানব হৌরকফম মপা মপুদি মী অহুগী মমা মপা অহুনি। মী অমগী মমা মপান মচা মসুসি'দ পুন্সিবু কমনব ঈ লানমীসিং অসি পিরক্লবনি। অহনিনি সনামহী লাইনিংদ ঈপা ঈমাবু মিংন উব লাইনি হায়ন নিংলিবসি। অতোপ্পা হৌরকফম অমন লাললগী, লাল সোক্ক সোকন ঈ লানমীসিং অসি মিকুপ থুদিংগী সেমগংলি।

ঈ লানমীন অপাম্ব মথৌ থনজব — মমাংদসু পনপ্রে ঈ লানমীসিং ( লিন্ন কোসাইং) অসিগী মথৌ ২ লৈ। অমন হকচাংবু কমনব লাল লোক্কবনি, অতোপ্পা মথৌ অমন সিগ্রব হকচাংগী সরুকশিং সেমগৎ সাগৎনব হোৎনবনি।

মথৌ ২ অসি ঈ লানমীন নহা ওইরিবৈগদ হায়বদি পোক্কপ মতুং মিনিং থবগী মনুংদ অপাম্ব মথৌ ১ থনগদবনি। (I) ঈ লানমী অহুন লানথেংনগে হায়-দুন মথৌ অসি লৌগ্রবদি ছয়েন লানমী ( ফেগোসাইৎ ) হায়ন কৌরে। মহাক্ন হকচাংগীদমক লানফমদ সিংফাওব লাল সোক্কে। (II) ঈ লানমী অহুন সিন্নব হকচাংগী সরুকসিং সাগৎপ অমদি অসিবসিং মাওহন্দুন অনৌব সাগৎলকপগী মফম পিননব হোৎনবদ লেপ্পগন লাল য়াওদ্রে, সেমগৎ সাগৎপদ কৎথোক্লে। মহাকী মমিংন হকসেম লানমী (ধাইব্রোব্লাস্ত) হায়ন কাংলোনগী তাইবংদ (সাইন্তিফিক্ক মাল'দ) অসিদ থগুনরি। (III) মী অমগী মসাদ অতনগ কতন লানমী কৌব মথৌ ২ মক্ত অমত্ত য়াওদব হেক হেক য়াওরকই। কতন লানমীসিং (ফেৎ সেলস) অসিন মসীং হেল্লবদি মী অহু লায়ন। লায়থুং ঙাকথোকপ ঙম্বগী পাঙ্গল য়ায় স্নোনগনি, মসাগ্রসু কতন চংই।

য়ারোয় :— সেক্সববু মায়থিব পিব ঙমদব লৈবাক অহু মীথা পোল্লি, মীনাই ওই, সিথিবসু য়াই। য়েক্সবন লান্দাব ঙমদব মসা ঙাকচব ঙম অকনব লৈপাক অহু মীথা পোন্দে। অসুম্ন হকচাংগী ঈ লানমী মপাঙ্গল কনব, ঈ ফরিব, ঈচেল ফরিব, কতন লানমীগী চাং য়ামদব মীওই অহুগী হকচাং অহু তরাই তরাইব লায়নান চংব ঙম্লোই। হিংবদ মতিক চাব হায়বত্থ ওই। মরম অহুন পুনসিরোন সামগুন, চিথৈরোন সামগুন, চিনজাক কাংলোন তমগুন, লমচৎ-সাজৎ চুমথোক্লুন, লিংসা

কৈদা পুংগী খা থংব পুংথোঙদ লাইরেম্মগী মিয়াং থাঙ লৈ, খুদুপ ৩ লুন লৈএ। তাকমেল ময়াদ ম'াগী সংগাই ১ লৈএ, খুদুপ ৩ লুন লৈএ।

লাংজীংগী মতোন্দ সলাইলেলগী খুনেং ফাল ওইনরম সনাগী কাজক ১ লৈ, খুদুপ ৮ লুন লৈএ। মফমদি হৈনৌ হোৌবনে। যৌরাম থাব পুংদ নাচোম ১ নে, সনাগী তাংবল ১ নে লৈ, পুহানগী ঊপুর য়াপতুন খুদুপ ৪ লুন ফুমলিএ।

চীংঙাগী চীংদোল নোংচুপ থংবদ সনাগী সংগাই১ লৈএ। খুদুপ ৬লুন লৈএ। সংগাইগী নোংপোক য়োৎকী কাংথোল ১ খুদুপ ৭ লুন লৈএ।

পীসুম লাইগী মফম: – পীসুম চীং মচা অসিবু পিস্থম কৌরি-বসি লাই অম লৈরিবসিগী মমিং লৌবনি। চীং অসিগী খা থংব চীংথোংদ খুদুপ ১২ লুন পিস্থম লাই অসি লৈএ। মহাক্তি য়াই ওইন লৈএ। পীসুম লাইগী কাইদোংথম্লি হায়বগী য়াই অসিবু পিস্থম কৌই।

মমল য়াম্ব যাইসিং ফুম্লিব মফমসিং :—চীংমৈরোংগী লমথৈ মুংয়ুংবীদগী নোংপোক লম ৭ চৎলগ নোংলিক য়াই ২ খুদুপ ৫ লুন ফুমলিয়ে। কিথোম্বন পায়রম্বনে।

থংজোংগী সরৈ পোকপীদ হিংখোমনে য়াখোম্নে লৈ, মফমদি মখা থংব অতেমব অহুনে। খুদুপ ৩ লুন ফুম্লিএ। ভাযাইদ থাঙগা কমপোংমৈগী কাক-লেন য়াই অম লৈএ। কাকলেন যাই কৌবসি লৈরিব অসিতনে, অতৈ অম লৈরবনে। মফম হাইদে, মপু লৈতে। *

( * মফম হাইদে মপু লৈতে হায়বদি য়াই অসি সংব লাই অম লৈতে অহুবু কাক্লেন য়াইগী মচীক ময়াইন তবাই তবাই ফেক খুকোদ্বী খিন্দুন তাকপ ভক ইন্দুন তাকপদি য়াদে তেনবাল্লি হায়মনি। কাংলোন থঙন খিগদবনি। )

কাংলোন তমহ্নন হকচাংগী ঈবু মতীং লৈন-থমগদবনি। ঈগী ঈচেলদ লুপ্তন লৈরিব মতীং অসিবু পংবদগী অমদি থঙদব ওইবদগী নত্রগ তনবদগী থক মাঙহল্লোইদবনি।

ঈ অহ্ন পাথরকপগী "ঈপা" কৌরিবনি, ঈ অহ্ন মাথোক্তে হায়বগী "ঈমা" কৌবনি, ঈ অহ্নবু চায় হায়হ্নন "ঈচা" কৌরিবনি, ঈ অহ্নদগী সুথরকপনি হায়বগী "ঈনু" কৌক-দৌরিবনি। অকব ঈন অকব সাগে ওইহল্লি। ঈ সেংদব, ঈ ফত্তব, ঈ অনাবন তুংলোনি মানসোনিথ ঈমুং ওইহল্লি। মসিবু থঙবদ লাইরা থঙব ওই। *

নোংসাকম ঈরেলগী তুথুপত * সজি য়াই ১ কোরিফুদ হাপতুন লৈং মফমদি হয়ু হৌবনে। থুহ্নপ ৪ লুন ফুমলি এ।

( * সজি য়াই—সজি য়াই হায়বসি সজি থুবাং য়াইবুনি। সজি থুবাং হায়হ্নন মথা নাপু কাব সজি মথল অম লৈ। অপিকপ সাগী মথলনি, চুমগী সজিদগী য়ায় হেন্ন পিকই মঙোন্দগী ফংব যাক্ত অহ্নবুনি সজি য়াই হায়রিবসি। য়ায় তাংন ফংব মমল মপান নাইত্তব য়াই অমনি। )

চীংথাং ২ গী মরক্ত য়াই ১ লিক্লাইগী চফু মনুংদ হাপতুন থুহ্নপ ১২ লুন ফুমহ্নন লৈএ। চীংনাং খোংনাং মথোংদস্থ লীকলাই অম চারোনগী উপুদ হাপন লৈয়ে, থুহ্নপ ৬ লুন লৈএ। থাংগা চীংলক্ত লীক্লাই ২ থুহ্নপ ৪ লুন লৈএ।

পোৎচৈ থমফম :— নিংথৌপুংদ মুংয়াইগী খুদোপ ১ কোরিফুদ হাপতুন ফুম্লিএ। ঈসোক্ত য়ুহৌবনে থাঙগী যাই ১ নে মুংগী চফুদ হাপতুন থুহ্নপ ৭ লুন ফুমহ্নন লৈয়ে। সেয়া ফাইপোং ১ হৌরিবনে।

ফুনালচীংগী থা থংব চীংখোঙদ লুহ্নপ ১, থাংসেং ১, সেনপুঙ ১, সনাগী তাংবল ১ লৈএ। মুংগী উপুদ থুহ্নপ ৮ লূন ফুমলিএ। পুনসিব খোংনাং মথোংদ পা নেসাগী খোজ্জৈ ১ লৈযে ( মুকচৈ )। তক্ষাগী উপুদ থুহ্নপ ৭ লুন ফুমলি এ। পোৎসংবম লাইগী উমংদ সনাগী কাহ্নপ ১ লৈএ। নাউথিংখোংগী মতমগীনে।

———

# ১৯৮৭ দগী ২০০০ চহিরোন্দ য়েংবা

## (১৯৮৭ কী অথন্নবা খুদোল)

---

নহারোলগী লাতম

---

**১৯৮৭ সলাই পুরেন নহারোলসিংদা পিবা পাউজেল।**

**(কংলৈপাক থৌসিনকোনবী ১৩৫ সুব খুভম)**

হায়গী মথা—



মমাংগী চেকোংদা অতং-অথম লৈতনা হেনগংলক্লিবা ভারতকী মীসিংগা চাউখৎপা অমসুং মালেমদা খ্বাইদগী চাউবা লৈপাকসিংগা চাংদম্নবা, লুহোংবা ওইরিবা ভারতকী মওং, চহি ২০০০দা মীওইবগী পুন্সি অমসুং নহা-রোল, সেল-থুম লোয়নন কংলৈপাকী নহারোলসিংগী মাংদা তারিবা লাইপক্কী ফিভমসিং লৈনখ্রে। মথাসিদি চহি ২০০০ গী দমক কংলৈপাকপু অমুক হন্না সেমদোকখিন্নবগী মতাং লৈনরি।

**চহিরোল ২০০০ গীদমক কংলৈপাকপু অমুক হন্না সেমদোকপা**

ঙসি পোকপা অঙাংনা চহি ১৩ সুবা থ্রিঃ চহিরোন ২০০০ চংলগনি। ঙসি ক্লাস ৱান তম্বা মহৈরোয়না পি, ইউ, লানবদা ২০০০ সুরবনি। ওইরক্লিবা ফিভম পুম্নমক কংলৈপাক অমুক হন্না সেমদোকলো হায়রবনি। ঐখোয় সেমদোক্লবা সেম সাগরদবনি।

## অদোম্ থওবিথ বরা ?

(i) ব্লদ প্রেসরগী তেন : —কাহেন্ ব্লদ প্রেসর বাংখৎলকপবু হাই-পরতেন্‌শন কৌই। মীওইনা ব্লদ প্রেসর বাংবদ সিবগীদমক কিনৈ, সিংলী পোখাই-গনি কাৱবগী শাখৎনৈ। অদুবু মচী পানব নুমিৎ মুংবী চুম অসিদি ব্লদ প্রেসর অকেন্দ্র হাইপরতেনসন অসিগী মতেং লৌদুনা মকোকী সিংলী পোখাইহনগ মাবু কাপ্নে তৌব চাদে থোরাংব সা অচৌববু কিহল্লি। ঈগী তেন অম পোখাইরব সিংলীদগী কাপথোকই। মতুম থংপ্রেক খংদুনা সা অদু চেনখি। অসুম মচী পানবী নুমিৎ মুংবী চুম অসি হিংহৌই। মীন কিনরবসু চুম মখল অসিদি ব্লদ প্রেসরনা মসাবু য়েরুবদগী কল্লি।

(ii) ব্লদ প্রেসরনা লৈপাক তৌব তনেল হুংপ:--

লৈপাক ভীল, তিনথে্রাকী কাংলুপ অকনবফাওব থোংগ্রব মচিন্না তৌরিব হুংলিবমি ব্লদ প্রেসরননি। ঈগী সরুক চাং য়ামদ্রবদু ঈসিংগী সরুক নম মসাগী ঈ অসিন মকোকলোম থংব সরুক মিলিলিতর ২ দগী ১৪ ফাওবগী প্রেসর পিরগ গ্রাম ৮৫ গী পাঙল থোকহল্লি। অসুম মহী মিলিলিতর ২ দগী ১৪ ফাওবনা থোকহনব গ্রাম ৮৫ য়োমগী পাঙল অসিন অকনব লৈপাকফাওব মনুংদ হুংচিনব ঙমহল্লি। হুংচিল্লব লৈনুং অদুদ তিনথে্রাক্র মকোক্রোম থংব মসাদু সিংলী নাউরী পুম ব্লদ প্রেসরনা চাউথোকহল্লি অদুগ মকোন অথুবদু লাওথোকহল্লি।

(iii) তীল কাংদদি কুচু মুবতন পামনৈ:-- উনতীল (স্নো অগ্নি) প্রুমমক নুংসাদ মসাগী অমুব কুচু অদু মৈহল্লগ লাগংহল্লি। মচু পুমমক্তগী অমুব মচুন নুংসাগী মৈসা খাইদগী চুপসিনব ঙম্মী, মরম অদুননি অমুব ফি সেং-লবদি নুংসাদ চংপদ লোকপমথৈ সারিবসি। অদুন অমুনদু উনগী তীল অমুবসিনে নুংসাদ ফৌরগ উন অদু সোদোকহল্লি. মহী চেনথোকহল্লি। অসুম মখুল অহোব অম থম্লগ মনুংদ চংদুন লৈ। নুমিৎ তাপ্রগ ইংসিল্লকপদ উনগী কুরাংবান অপাব অমন অহোবদু য়েনসিনগ্রগ মনুংদ অহিং চুপ্প ঙম লৈ। *

(i) সক্তম ঙাকপ :--

ত্রিপুরীসিং, কাসারীসিং, ভূতীয়াসিং, লেপচাসিং মসাগী সক্তম ঙাকপ ঙম্নক্তবদগী মমখিনখ্রে, মুৎপ হৌজিনখ্রে। কাসারী ত্রিপুরীসিংগুম কাংলৈচা লাইরিক হৈবসিংনস্থ মসাগী সক্তম কনবগী চেকসিল থৌরাং তৌব লৈরি, তুংগীদমক মিৎয়েং থম্নদ্রি, তাউন হিংলি। মিৎয়েং তেনব লাইরিক হৈবসিংগী মিৎয়েং খুদক্ত হোংদোকুন মুৎপ হৌরক্লব কংলৈচাসিংগী সক্তম ঙাক্লব লম্বী য়াংপন ইহান হ'নব নৌন সেমদোকপগী মতীং হুদোকপ ওইগদবনি।

নাগালেন্দ অমদি মিজোরাম্নচিংবদ মখোয়গী লৈঙাকলোয়্রম্সিংগী মসাগী সক্তম ঙাক্লব, মীসীং য়ামজদব নাগা অমদি মিজোগী সক্তম কয়নব লোথংলিব থৌরাংসিং অসিগুম্ন ঐথোয়গী লৈঙাক লোয়নজনস্থ চাসিনকম থোকই। মরু ওইবসিং—

(ক) লোল ৮ সুব সেত্ত্যলদ চলহনব, হিরম খুদিংদ লাইরিক লৈহনব

(খ) কংলৈ ঈয়েক বেঙ্গলী মখেকী মহুৎ সিন্দোকপ — উর্দু, বেঙ্গলী, গুরুমুখীনচিংব মসা মসাগী ময়েক চৎনজত্রিবসিংগুম চৎনহনব।

(গ) অহানর মীহৌরোন সেমদোকুন কংলৈচাসিংগী সক্তম চুম থম্ব।

(ঘ) রাস লীলা উৎলুবদ বেঙ্গলীসিংন মনা লৌব থিংবিথিব, থাবল চোংবী জগোয়বু তি, পন্তি, দ দোলজাত্রানি হায়ন খুমহুন মীন নোকহনব অসিগুম্ন নত্তব অসেংব ঈনাৎ য়োকথংলগ, সেমগৎপ, পুথোকপ।

(ii) লাইনিং লম্বী :--

কংলৈপাক্কী য়েলহৌ লাইনিংদি সনামহী লাইনিংনি, মগীগী অরোইবা লাইনিংদ পিবগুম্ন চপ মান্নন লৈঙাক লোয়সংন মতেং পিবিক্লুন লক্লব

অহুন কংলৈচাসিংন হোংফিল্লগদব থোংথাংদি লেমগৎপ য়াগদব লম হেক্তর ১৬.৭১৪ লৈরিবসি খুদক্ত হৌগৎপ, চহিদ চারোক ২ রুক লোকপ হেক্তর ১০,০০০ থক্তমক ওইরিবসি হেনগৎহনব অমসুং সরুক ৪ হেল্ল পোৎথোক পুথোক্লিব লৈপাকসিংগী কাংলান লোথংনব হোৎনব--অসি ত্তৌদব য়াল্লবনি।

(স) খুৎ-সা হৈব : - উৎ ওল্লুরব জাপ্পান্ন ওসিগী মাংলমগ মকোক থোংন লাম্বা তৌরি। খুৎ-সা হৈবন লাম্বা অসিগী খুৎলাইনি, এতেমদগী হেনবনি। মচাক লৈগদব অমদি হোংন ফংগদব খুৎ-সা হৈবগী মখল খুদিং ইহান হায় পারখৎপতন অহোংবগী অহৌব সরুক ওইহনগদবনি।

গৌহাতিদ, কাসারদ নাগ লেন্দদ মচাক য়াৎন চেগী মিল কয়া অকোয়বদ লিংলি, কংলৈপাক্কী বান চীংলোন কয়াদগী য়াল্লগ মচাক ওইরি, ওইনগদৌরি, প্লাষ্ট উদ মিল কয়ান চীংসিংসিদগী উ য়াম্লুন লৌথোক্লি, লুপা ১০০ থক্তদ লৌগ্রগ লু : ২,০০০ হেল্ল সিংলি। ইস্কালগী ললোনব কয়ান মহু লৈরগ সেন্দোং চারগ কংলৈচাসিংদ য়োল্লি। পুল্লমকসিদ ঐথোয় পুল্লমক শেন্দুন মাংগোলদ ফক নিংথৌ ওইন রাজাউ ভাংলগ পাল্লি, হিংলি।

মিৎয়েং অসি হোংলগদবনি, হিংখিদি হায়রনদি চেপী মিল মফম-সিদ লিংব ভাই, প্লাই উদকী মিল লিংবভাই, এবিস্তোসকী ফেক্তরী, মেকানাইজদ ওইল মিল, মেকানাইজদ ফরনিচর হাউস, মেকানাইজদ বেকরি, সউনগী থবক, ত ইপ ফাউন্দরী, ইলেকত্রোপ্লেতিং, হ্যুম পাইব ফেক্তরী, হোসিয়রী মিল স্মোল মেচিনরী, গুর ফেক্তরী, পরার লুম-- মপান নাইদন লিংব য়ারি। মতম হেন্নমন্দুন লৈরবভাক্তনি, মহু ওসিদি হোংলগদবনি, চংসিল্লগদবনি।

(ল) ময়াইকাব থিংব :-- সেল থুমগী ফিভম ময়াইকাব চাক্ত থকপন অভকপদ সোকহল্লি। সেল ভিংই, বাথল মোল্লং চুহল্লি, হুকচাং

# মসি মীহৌরোলগী ৱারীনি--২
## (কংলাগী চেকপল)

হৌজিক উরিব কাংথব কিয়্বত ওইদ্রন লৈরিব চেকপল পরেং অসি ব্রিতিস মতমগী নত্তে। ব্রিতিসন ভারত খোঙদারকদ্রিঙৈ আ মমাঙদগীনি। চেকপল পরেং অসি খ্রিঃ ১৯৮৭ অসিদদি চহি ৩৭৩ সুররবনি। চহি ৪০০ সুররগদব সুপ্নগী চহি ২৭ খক্ত ঙাইরে।

ম্রখোঙ পরেং চেকপল চনখৎপ অসিগী মাঙওইনন চহি ৬ কী মমাংদ খ্রিঃ ১৬০৮ দ ঈনিংথৌ খাগেম্বন মখোল ৯ রাংব সনা সঙ্গাইম্ম সাখি। সনা সঙ্গাই মখোল ৯ সাব চহি অসিদগীনি নিংথৌ খাগেম্ববু লাইম্বি থৌ খাগেম্ব হায়ন কৌখ্রিবসি। চেকপল অসি চনখৎলব মতুং চহি খর লৈরগ সনা সংগাই মখোল ৫ রাংব অমম্ম সাখি। লাইয়িংথৌ খাগেম্বগী সনা হাকথক অসিদি চেক্ল যুম সাব, চেক্ল চেক-পল সাব, চেক্ল ম্রখোঙ হৈব, চেক্ল থোং সাব, চেক্ল লাইসং সাব, যুম মখোল অরাংব সাবগী অখন্নব মীহৌরোলগী তাংকক অমনি। মীহৌরোলগী অখন্নব তাংকক অসিদ খাগী (চাইনা) লৈপাকী খুং হৈব কন্নাম্ম কংলৈপাক অসিদ লাবখি।

মলিয়া ফম্বালচাগী মলিয়া কুমসীংদ পাব্বদি চেকপল অসি চহিরোল ৩০১১ সুবদ চনখৎখিবনি। ইংরেজি চহিরোলদ চেকপল অসি ১৬১৪ দ চনখিবনি। অসিগুম্ব অরিব মমল য়াম্নব মীহৌরোলগী পোৎসকসিং অসি মালেমদিদ ওয়্হোক্ত মমল য়াম্ন লুন ঙাক সেন্দ্রুন থম্মে। হিতলরন চুম্ন ফম্নম্ব চৌক্রিফাওবদ ইম্ফালগী দিপার্তমেন্ত অচৌব অম লৈব ওকপ মমলদ লৈননব ভাম্নম্নি। অমুক্তং মাঙখ্রবদ পুমলোই লোইরবনি, কনানম্ম সেম্নুব য়াগদব লৈত্রবনি।

চেকপল অসি চনখৎপ চহি মলিয়া কুম ৩০১১ সুব অসিদ সনাকৈথেল, খা কৈথেল, ফাইবুং কৈথেল, মোইরাং কৈথেল, খুমন কৈথেল, অসিনচিংব কৈথেল ১০ লৌন হোঙখি। কংলা সা ২ মক ব্রিতিস মতমদ থ্গাইখ্রে, সক্তম (ফোতো) লৌহৌবম্ম নত্তন কনানম্ম উব ফংলরোই। কংলা লালবন, কংলা চেকপল (কংলা ফোর্ত) অসিন কলাগীসু মখা পোত্রব ঈসান ঈলাগী ঈরমদম ঙাকচরব মতমসিদ মাঙগদৌরি।

লৈঙাক লোয়্নসংনদি কংলা চেকপল ঙাক সেম্নবগী মারেপ লৌখ্রবনি। কন-গদবনি হায়রবগী অচুম্বফাওবদি লৈঙাক লোয়্নসংন কাওখ্রে। মম্ম খুমাঙ চাওসিনব অদুখ কিরেপনি। থবক ওইন ও মাকপম্মদি ঙসিফাওবদি উম্রি। *

হৈনিংলক্তে, থবক সুবগী চাং হন্নগনি, সেনখোক হাংলগনি, লায়না পক্লগনি, লল-থুম কায়হন চারকনি, মী লৈয়ক্লবী মযৈদা মীয়াই তৌরকনি; সিগনি।

ঈমা ঈবেলতন চোংথোকুন থিংবদ ১৯৮১-৮২ দা কংলৈ অথোবসিংন য়ু লিতর ৫,৪৯,৯২৮ থকখিবহ ১৯৮২ ৮৩দা য়ু লিতর ৩,৯৭,৯৪৬ হন্না থকখি হায়বদি লিতর ১,৫১,৯৮২ তমক থকখি (মসিদা অচিকপগী কংলৈ থুংথকসিং অহুদি পাবদ য়াওদে)। ঈমা ঈবেলসিংন হোৎনরিব থবক পুনিংদবসিং থাকপিবত নত্তনা মাঙলবা পুন্সিমু কনবিরিব অসিদা নোংমদি চক্না পাক্কন হেল্লগদবা নহা য়াদা ঐখোয়না মতেং থরদং পাংসিনবিবা কংলৈপাক অহো ব পুন্সিরোনগী মতাং কুদোক্কম ওল্লগনি।

(ম) কুধই কিয়োং হয়হনবা :—য়াওসংগী ই চক য়া কোবি হরাই-থরাক হরানব সেল নিব, সেল মুনব, পোৎ হরানব ফংনত্রব পোৎ মখৈ থায়গৎলগ হরাল্লগ নং সাহুন মৈ থাদোকপ, নহা ময়াম লেকমিন্নবা লেয় সিংবসিংহুদগী চুরুত বিরি থকপ হন্ন তব, অকাথ অপোৎ কায়গী চিনফা পৃথোব—মসিদগী হৌদুনা থা ১ থাবল চোংলনা লৈথোকপ—কাংসী খেচি, বাসোক, কুপা পাজা, জল দেব, নিংতোল পাহি অহিং কুমদবী -ক্রিষ্ণ জন্ম, থোরাবি জন্ম; বমিন জন্মগী লিকোল, থরো থবাল চানবী— জলকেলি, উতুখোল, হরি শয়ন, হরি উথান, গোস্থুতমি, সর্ব-সেনব, মহারাস, বসন্ত রাস. নত্রা রাস, দুর্গা পূজা, কৃষ্ণী হন্নানব লকোই হব, দোল হব, পোৎ লাকপ নিব; বোম থাব অহিং লেকপ চাক চানব, পাম্থোকবী ঈরাৎ, গোবরধোন পূজা চনৌ কংপ লাই হরাউবা —পুন্নমক অসি পুমতোক তোক্লগ লাইনিংগী হৌনবা তৌফম থোকপা কায়ইংদবসিং অদুক্তং মসা নাম্ব মন্তব সাংহন্দবা তরা তরা থবা তাই। অাংহনবসিং অসি চহিরোন ২০০০ দদি সুকচৎ চৎনহন্দবন মায় পাক্লবগী লম্বীনি। সেলত মাঙব নত্তে, তুংগী য়ুম্মীরেলসিং মুম চাহুন মাঙলিবসিন অরাবনি।

# ঈমালোল নৈনরসি--২

| অরিব রাহৈ | রাহম্বোক |
|---|---|
| উন তরুক | নিংথমথাগী থা তরুক, নোং রাংপ থা তরুক |
| রাউ তরুক | কালেন থাগী থা তরুক, নোং চৈব থা তরুক |
| চাইচোং | নোং নোং চুথক্লন মালেম লৈমায় চোংপ |
| থানলৈ | লো উফম, লৌবুক |
| রাওনব | মায়েল থোদা তৌব, পানব |
| থোংনৌ | মাতোন, মাগী মতোন মায়ব |

থবী অনিথোক থাবা অনি পান— লৈবাক অমত্তদ নিংথৌ অনি পানব, নিংথৌ অনিন জিম জিমন রায়েলবর থবী অনি থোকপ থাবা অনি প'নব কৌই। থুদম— নুমিৎ কাপ্পগী বারীদ অত্তোবগী নিংথৌ ১ মঙাংলোনগী নিংথৌ ১ নিংথৌ ২ পান্দুন অমুক নুংথিল— নুমিদাং খায়দন নিংথৌ মনাইসিংন থৌ চংলম্মী। পোথাব কংলত্তক্লন থ্‌াই নুংজেং শীবান নিংথৌ অম তেম কাপ্পুন হাংননব হোংনরকই। মতম অদুমুদু থবী ২ থোকপ থাবা ২ পানব কৌই।

সজি য়াই— সদীং সাকোক পুয়ানচিংবদ য়াওরিব 'সজি য়াই' হায়ব'সি সজি খুয়াং' কৌব হুইদগী থর হেম শিকপ হৌলোংদগীসু থ'জক হেম্ন চাউব মথা নাপু লেব মা মথল অমদগী ফংব য়াইনি। হৌজিকসু কৌবরু চীংদ অমদি খায়োমগী হৌবী চীংসাং হাইরকপগী সেরৌদগী হাইথব চীং মরীলদ লৈরি। মসীং য়াম্নকত্রে। অতৈ মকমসিংদসু লৈরমখিগনি।

অরিব লোলদগী হৌজিকী লোলদ হন্দোকপ —

(i) উন তরুক মিরিপা কৌবা চীংলেন অহকপনে।

নিংথমথা থা তরুক ঈসিং লীক্লন থম কৌক্র চীংজাউ অরুবনে।

(ii) রাউ তরুক মিথাপা খোইয়ুম নারুপ লেংতিমপ'ন।

কালেন থা তরুক ঈসিং থোকপ লাই ময়াথগী ভিম্নফমনে।

(iii) লীক্লাই সনা মচুংসেলতি অতুমুং মতোমতে।

ঈনিংথৌ মাগী মতীক ময়াইদি মহদনসু লোইব নত্তে।

(প) য়োকপ লোইব :—আমেরিকাগী সেল অয়াম্ব ফার্মদগী লাক্কই, চাইনান চাওখৎলকপ ফার্মদগী হৌন মতীং উৎলকখিবনি, রুসিয়াগী ক্ষুদ্রানব খোঙথাং ফার্ম তৌবনি।

কংলৈচা লাইরিক হৈবসিংন য়োকপ লোইবগী অমদি থাবগী সিনফমবু হন্থন ঙাংনরি। হৌজিক্কি লাইরিক হৈব সিংন মসিন খ্বাইদগী রাংব সিনফম্নি হায়গদবনি। পোৎথোক পুথোকত্রব মী অদুদি স্বপ্নগী লোকসিনবতনি, মাঙহনবতনি -- চাওখৎলান্দ মথুং লোংলবনি, মমল হন্থ-রবনি হায়রবসি য়ানিংত্রবস্থু নমন্থন য়াব তাবনি। মীওইষন চারিব মথৈদি ফার্ম তৌবসিংদ সেল মথোং থোংন থিল্লকদবঙাক্কি। লেংদব সেনগাওদি পোৎথোক পুথোক্লিব কাংলুপ অসিনি তাক্লিব সেল পুম্নমক পোৎথোক পুথোক্লিবসিংদ পিননবনি। খুদক্ত পোৎথোক পুথোকপগী সিনফম হৌগৎ-লগদবনি, সেলগী মপু অসেংবদু ওইব তম্নগদবনি।

(iv) মহৈ তম্ব :—

মহৈ খুৎতম অসি হোংদোকপ তাই, উজা কেয়ানি খক্ত ওইগদব মহৈ খুৎতম অসিন ২০০০ গী মতুংদদি কনাবুস্থু হিংহনব ঙম্লোই, হিংব য়াওরবস্থু ম্যুজিয়মদ থম্ব য়ারগনি। খুৎসা হৈব, পোৎথোক পুথোকপ অমদি চাওখৎলোন সাগৎপদ চংব মন্না চংব মহৈ মতম্বী হৌদোক্লগদবনি। হৌদোকত্রবদি তুংগী নহারোলসিংবু অমম্ব কোম্নুংদ লোইন তাহল্লগনি।

(v) লো অমসুং ওরদর :—

লৈপাক অমদ অকিব লৈরিবমথৈ চনিং তাত্রিবমথৈ, মীয়ামগী পুক্নিং লুমদে। পুক্নিং লুমদব পুন্সি অফব পুন্সি ওইদে। মরম অদুন লৈঙাক লোয়-সংন হেন্না কুপথন থনব, নৈনব, লৈঙাকলোনগী রাওু (পোলিতিকেল ফিলোসোফর) কয়া চোংথোকপ চংই। নমফুদ লালহৌব লাকসিনব রাখল

# কংলৈ চনুরাগ ইমোইনু লাইরেম্বি

## ২য়— সরুক

নুপীগী লাতম

—থোইবী লৈমা



হায়গী মথা—

মমাংগী চেক্ষোংদ ইমোইনু ঈমাগী ম্লেলহৌ বারী, মাকচিং ১২ দ ঈমাগী থৌরম তাখিব, থাগেম্ব নিংথৌগী মতমদ থৌরম অসি করম পাংথোক্লম্ব, থোইনাই মেল-হোংবগী মতমদ করম ইবাং থৌরম পাংথোকখিব করি মহৈ কংখিব. লাইরেম্বী অসিগী লাইওল সংগী মমিংসিং অমস্তুং লাইওনখিব মফমসিং, কৌবরুগী ইমোইনু খুভম, চনুরাসিংগী মতীং সেম্বদ মথৌ পাংথোকপদ চংব ইমোইনু ঈমাগী কাংলোনসিং, করম কংলৈ চনুরান হোন্দোক থোইদোকপসিং ওইব ঙমক্লিবনো—হায়ব মতাং কয়া নৈনস্ত্রে। ৬৭ সুব চেক্ষোং অসিদদি মুথাক্লোনগ মরী লৈনব কাংলোন থরদং লৌথংপ মতাংনি।

কংলৈচাসিং ললবু মীয়াইক্লরে – মীরোন ৭কী মনুংদ পোকখিব সাংখিব অয়াম কংলৈচাসিংন লৈপাকী ললবু তুংওইনন থমখি। মীপান তাংখন হয়াও কুমহৈ ওইখি, লল থুম হন্দোকপন লাইমিংব ওইখি, মীগী লল কয়নব ঈসাগী লল যাও-হনজবদ হাংলংখিদে। মসি পুম্নমক ঈমা ইমোইনুবু নিংসিংখিদম অমুগ মরী লৈলে। ঙসিদি সনা থোরম তোক্লে মীঙোন্দগী সনা লৈরে। লুপা সুংলম্ব তোক্লে, মীঙোন্দগী লুপা লৈরে। সেনজেং সুংলম্ব, যোং সুংলম্ব, খুদোপ মুং, লীকলাই, নোংথ্রে (লাইমন্দ মথক ১), নুংসো মাই অঙাংব, হুংলো মাই অঙৌব, কৌবরু মাই ললোনপোং ওইনয়—লৈ হায়বকাওব থঙনস্ত্রে। মীরমগী মীয়াম অক অকব মফমদ পাক চাউনা

থাদোকুন ৱাখল হোদোক্লন, ৱাখল ফাওদোক্লন পুক্লিং খঙনন য়ানব থবক সাগৎপদ অমদি থকসি খাসি ৱাংন লৈব লানমী, পুলিসকী কাংলুপ লমদম অমি ঙাক-সেনব ওইহনব তঙাইফদে।

(vi) য়াইফ য়ুম্বাল থৌরাং :—

মীসীং য়াম্নকপগী খুদোংথিব মাঙদ লৈরে। মীসীং হন্থনব পাম্বৈ তৌফম থোকই। অদুবু অঙাং ১ দগী হেন্ন পোকপ যাদে হায়রুন চাইনাদ লাউথোকপদগী পোক্লফপ হুপী মচা ৬ ৪৫,০০০ চহি অমগী মনুংদ হাংখি। বাৰোদাদ লৈব অমলাদ ভারতকী য়াইফ য়ুম্বাল মায় পাক্লব চহি ১০গী মনুংদ অমলা হায়রিব লমসিদ অঙাং অমফাওব পোকহনখিদে--সোম্বতুন ২ থক্তংদি পোকখি। থোক্লিব থৌথোকসিং অসি ৱাখল য়াম্ন ভান তৌনবদি নত্তে, ৱাখল তাহনব থবক ফজব, পুক্লিং লুমহনব য়াইফ য়ুম্বাল থৌরাং অম চংই।

মতুদ মীসীং যামজদবসিংগী মনাৎ মুখৎপ, মীসীং য়ামজবদি মমালোল অদু থওইবিদব মীসীং য়াম্বন য়ামদববু লৌতুনরগ নমহৎপিব--অসিগুম্ব অনেম্ব তমথিব ৱাখল অমদি মীচং মীথায় নাইবসিমদি পুমফোক কোকহনবিব ভাবনি। চিংনহল্লবদি মী য়ামজদব কাংবুগীদি মীসীং য়ামথৎনব তঙাই ফদন হোৎনরকনি, য়াইফ য়ুম্বাল অদু মায় পাক্লোই। লৈঙাক্লোন্দ মীচং মীথায় নাইবগী অনেম্ব মিৎয়েং অসি চংহন্দনব অমদি মীসীং য়ামদবসিংগী অচৌব থৌরাং কয়া রুসিয়াদ, চাইনাদ তৌরিবসিগুম্ন লৌখৎফম থোকই।

(vii) সাম্ন-থোৎনব :—

তুংগী মমি মমসিল্লক্লব কংলৈ পীবা চম্নৱাসিংদ সাম্ন-থোৎনবগী মায় পাকপসিং অসিন থোনা অম নৌন পীরে। তাক্লবসিদ লোম্নলং অমম্ব হাংলে। অমুকম্ব তাকয়েল পাত্ত এন, আই, এস কী রিজলেল সেন্তর অম সারগনি। পুম্নমক সাম্ন-থোৎনবগী অচৌব মঙনি।

অদুবু ভারতদি মালেম পুম্বন লোম্নরিব মালেম পুম্ববু মাম্নখিব পিব ঙমখিব ৱার্লদ রেস্তলিং চেম্পিয়ন গামা লাহোরদ চহি ৮০ য়ুবদ

খুন্দাহল্লে, কংলৈচা অসেংবসিংন চিঙাইদ চেন্দুন হিংনিংহল্লে। ললগী বা মাঙদ থমল্লে মীপান ভাংবন মাঙদ থমলে। মপু ওইবগী রাখল ভুংদ লৈল্লে, মীতৌ তংগী রাখলন মাঙদ থমলে। লাইরিক হৈবসিংন তুং থংন লম্বজেল চেল্লে, মাঙজিন থাদ্রন লৈপাকপু লমজিংল্লে। মহাভারতকি মনিপুরনি, অর্জুনগী মচানি, মীতৈ ময়েক লৈতে দেবনাগরি ময়েক লৌগদবনি, মঙ্গোলোইদ নত্তে অর্জ্যনি হায়নব হোংনবতন মথৌ ওইনল্লে। ওইরোইদবতাক্ত হোংনরিভেদ লল লৈত্রে, লল লোংল্লে ইমাইনু ঈমা সাউরে। ঈনাং মাঙসিল্লক্লে, লৌরি য়ুম্ফম কারসিল্লক্লে। কৈথেল অচৌব মপান লমগী মীগী ওইগ্রে। তুংগী লম্বী ওইহৌগদব কংলৈচাসিংগী অথুম্বব মফম, অথুম্বব লল, অথুম্বব রাখল্লোন লৈত্রে।

লল হুংসিল্লক্লে — তম্মীন চীংগী লম থবাক ১ পাকপ অম লৈবফাওবগী হক মাঙহল্লব, চীংমীন চীংনুংদ চরা হেন্দুন পাল মাইরেল চাহন লেল্লকপ লৌরি য়ুম্ফম মাঙসিল্লক্লব, কৈথেল অচৌব নোংমগী লুপা লাখ কল্লা কয়া কাযম ওইরিব অসিদ কংলৈচাসিংগী মফম লৈরক্তব থবক কংবগী রাখল তৌরুব মাত্রব মীওই লাখ ২ লিসিং ৫০ হেল্লরুব মতম অসিদদি ফসেংন বা তৌরগ চেগী মিল লিংথত্তব মনিগী মফম মনিপুর অসিদ থরাম্ন পিকসিল্লরক্লে।

ঙসিদি ইমোইন্ ঈমার নংসিরক্লে কমদম অসিগী মফম কল্লাদ মৈরা থাম্দুন ইরাং থৌরম তৌদ্রন ললগী লাইরেম্বীবু নিংসিংনরক্লি।

লমচংকীদমক নুংসা থিনরে'--ক'লৈ চনুরা ভারতকী চনুরাসিংগী মরক্ত অথম্নবিনি। লমচং লীচং, থৌনা, মথৌ নিংথিন তৌব. লাইরিক হৈব— পূম্নমক্ত অথম্নবিসিংনি। থুং লোংলব কংলৈ পীবাসিংগী মরক্তস চনুরাসিংদি থুং সা হৈবদ চিংলি। কং-লৈপাকী ইরোং ফি ভারত অরাংব থাক্কী মফম কল্লি।

অতবু চাব ফংদবগীদমক কংলৈ চনুরাসিং নুং পেক্লে। নুপাসিংন মাঙ্গোলদ তুমগ চনুরাসিংন চেক হোন্দুন লৈপাক সুদ্রন, থুংলং চংতুন য়ুম থাকলি। চনুরা য়ুম পুজরিবী অহদগী মুম্বরেন অদন সেল তাল্লে. হিদাক থরুব, জ্বার মথোড ওইনস, মৈথুগীদমক, চাডাং থক্কফমগী থাক ঙাকুব। মচা নুংসিব মচা মাঙহল্লিংদব চনুরাসিংন অরোটব পাম্ব থিরকপদ ওক্রবীগী লাইরক তাথিরোইদবগী মরম কনান পিব ঙমগনি। মফম থঙদন য়ুম পানসিনখিবগী মরম কনান থিগংলুব ঙমগনি।

ভালক অসিদ সারি সেংপী লৈস', ফিজেং ফিগাই সেংপী লাইরিক হৈবীসিংগী লমচং লীচং পাউ তাথমথৈ তারগ তুংগী কবি ফজব লম্বী লৈরিবগে? ঙসিগী থুনাই মঙং অম তৌরবনি।

চনুরাসিং পুক্নিং চংলগদবনি '— তাংকক অসি চনুসিংন ভাউদুন লৈথোকপ য়াম্রি। মাংজব য়াব হৈনবী পুম্নমক থাদোক্লুন পুম্বনৌ নোন অমুক হোৌনংগ তাবনি। ঈনাং কনবতাবনি। সক্তম কনব তাবনি। লাইরব খুনাইন সক্তমফাওব মাঙ্গ্রবদি অতে করি অমুক লৈহৌরিবগে। ঙসি অনৌব খুনাই সাগংহোৌনবগী মতমনি। ঈসা পুমওন ওয়োক্কদবনি— লাইনিংসু, লিচৎসু, ঈনাংসু, বাখলসু। 'ঐথোয় হিংখিনি'—রাখল সিদ লুপসিনমিন্নগদবনি।

তুংগীদমক ইমোইনু ঈমাগী কাংলোন তম্নগদবনি :—

(i) ফিজেৎ ফিগাই সেংপ, লমচৎ নাইদবগী ফিসেৎ, হকচাংগী কুয়াংপু মীয়াম তিনবদ উংথোকপ নুপী ওইবী অহগী য়ুমদ ইমোইনু ঈমান লৈনিংদে। য়ুম অদু মরা চেৎলোই।

চাওখৎপ পাম্ব চাম্নন খঙনব লাইরিক হৈবীসিংন মতৌ তম্মিংলিব ইউনাইতেৎ ষ্টেৎস ওফ আমেরিকাদ য়েংলসি। চ্রি ১৯৮৩ দ ইউ, এস, এদ য়ুম পানমিন্নরিব নুপা নুপী মিশিয়ন ১ গ শাখ লিসীং ৭৯ থাইনৈ, কায়নৈ, পাম্বরক্তে। থাইনবগী কেস মিলিয়ন ১ কাণ্ড ১ লিসীং ৭৯ নুমিৎ ৩৬৫ নিগী মনুংদ থোক্লিব অসিবু য়ুম্বালোন অত্ত গাঙলব মবা পাদ্রব নপা ? অদুগুম্ব ফিজেৎ চাকচা ইমোইনুন য়াদে হায়রবসি তরাইন থনগদব নত্তে। খুঈদগী চুম্ব কাংলোম্নি। য়ুম্বালোন মরা চেৎপ মুকয়ামক য়াররোইদবনি। লমচৎ কোম মফমদনি খুইদগী নুপী নুপা থোসানদ্রিবসি, মমল হোঙলিপসি। মমল হোঙব পাম্ব চনুরা অহু রাখল লৈ হাযব থক য়ারোই।

---

লাইর চুদংনদুন ওয়োক্ক তোম্ন পুন্সি লেনখি। মীয়ামন খ্বাইদগী কিনরব মালেমসিগী 'চম্পিয়ন' ক্রিকিস্কাবু ভারতকী গামান সেকেন্দ থরথক্ত লোইসিনখিবানি। ভারতন গামা পোকচবগী কয়াদ চাওথোকচখিব। অদুবু খাংপোক অমখক্ত ভারতকী লাম্বা লৈত্রব পাথৌ গামা তুরেল থোঙবাল অমদ ওয়োক্ক তোম্ন লৈখি

ঙসিগী কংলৈপাক অসি চনুবা পীরিসিংদি হৈ সিংব তাই রাখল খনব আই, অঙনব সাম্নবগী তাইবং অম সেম্ব হৌব তাই। মহুগীদমক করি চংই ? সিনফম ওইহনব করি চংগনি।

(ii) মৌন মীশাংদ সম থাদোকপ ফিজি ফিনান মীওোন্দ থেংব ইমোইনুন মাদে। নোংচুপকী মতৌ তমহুন পংত্তৌ লৌগনি খল্লগদি, মহাক অদু খুাইদগী ফত্তব খল্লগ নোংচুপকী মতৌ তম্লনি। মদু নোংচুপকী চাওখৎলোনগী অফব লক্ক নত্তে। ফত্তব হুন্দোকথাকী সরুক্লি। মদু ফৈ হায়রন কনাসু লৌনদে। মতৌ তম্লিবী অদুসু ফত্তব ওইরবনি হায়নসি কাউরোইদবনি।

(iii) মোংতাই সুদাইনব মাদ :— ইমোইনু ঈমান মোংপ, লুজদব, মনম ফত্তব লব, মকে হৈত্তব, মনাম তাদব চনুরা অদু মাদে। মদু ইবাংগী নত্তে পান্দম-গীদমক্লি, ফিদমগীদমক্লি, ফজবগীদমক্লি।

(iv) বাহৈ খোনফম লূদবগু ইমোইনুন মনাক নত্তে —ইমোইনু ঈমান বাহৈ খোনফম কনব, খোলচায় য়াকপ, অকাম অপেৎ ঙাংব, মখা চিঙ্গুন অঙাং চৈব, মীবু লুয়াক্লন লেংবী, মীনুংসি য়াওদবী মুখ্রেম্বী অদুগী মনাক্ত লৈরোই হায়দুন লাইনিং-থৌগী মথমদ পাউদম্বদ হায়খি।

মীন সিংন চিন্দ সি, সান সিবন খোঙ্গুলদ সি। বাহৈ খোনফম য়াক্লবদি, মীবু লুয়াক্লরবদি—মঙোন্দগী অপেনব, যজব, অথোৎপ, নুংঙাইনা, অরা পোথাক্ম ওইব অমত্তসু ফংলরোই।

(v) পোং চনসিনবগী মতম —খুমনগী পুংফমদ য়াচংলক্লবদ মুমগী মপান্দ

---

করিম্নু লুব রাহুং নত্তে, মতুগী পাউথুমদি য়াম্ল চম্মী। হিংনবগী সিনফম ওইনব সান্নরোয অদু লাইরিক হৈব তাই, লমজেলতং চেল্লগ বোলতং সান্নরগ তোকথোক্তব তাই, লাইরিক রাংন হৈবতাই, সান্নবগী ক্লাস কয়া লানথোকপ তাই। মসিমতং রাৎতুন মমাওগী সান্নরোয়সিং অয়াম্ব নিংব কায়াথবনি।

ঙসিদি কংলৈচা চনুরা পীবা পুন্নমকী অনৌব য়াওল মাঙদ লৈরে। মতীং ফুদোক্লদব অরোযব তাংকক্লি, চহিরোন ২০০০ যৌরকপদ ঐখোয়গী অনৌব লম্বেলসিং অসিন মঙাল ওইদুন ঐখোয়গী লাম্বা লৈত্রব মতীং অত্তুন থরায় ওইরগ 'ঐখোয় হিংখিনি" হায়বদু উংলসি।

সাইফব হায়বসি মতীং লৈবদুনি কাউগুমসি। ❋

কোল লিক, থাং সিংজং য়োংপাক, ফি, থ্‌মোক তাইকক, খুৎমু খুংলাই চপোক্লগা থম ঈমূং অদুদ ইমোইন্‌ ঈমান চংনিংদে হাল্লগা লাইনিংথৌগী মফমদ পাউদমখি।

(vi) ঈমান লুখাক চাব মাদে :— লুখাক চাব, লুহোংবদ নম্রগ চাখম লাউ-থম্রিন্ডৈদ মীগী লুখাক চাব চনুবা মদুগী পিবুকনুংদ লাইপোক ওইব মীথোই মীহেক্লগা মচা মম্‌ চংলোই।

কংলৈচাসিংবু নমথনব লাইপোক পোক্লগনব লুহোংব নুমিৎতগী হৌদুন মুমগী মৌবু লুখাক নমদুন পিজখিব. মপুসি চুপ্ল লুখাক চাবদ হৈনহনখিব অদু ওসিমক চনুরাসিংন থাদোক্লগদবনি। অফব মচা মসু পোক্লগ লৈপাকী মুমীরেন ওইরকদোব মমা অমন কৈদৌঙৈদসু লুখাক চাব হোনদে। নমথবগী লাংলো অসি ওসিমক ইমোইমু ঈমাগী কাংলোন ভাক্লগ থাপ্লগ লংথোকখিগদবনি।

(vii) সেবোং মাইরেন খোংক্রমগী মথা লিংফদে .— সেবোং মাইরেন খোং-ক্রমগী মমী মথাদ লিংতুন চংলিব মমা অদুন লাইনিং লম্বীদ মঙাল পিরকদব লৈপাকী নুমিৎ থা ওইন থোক্লগদব মচা মসু পোকপ ওইথোক্তে। মঙাল ফংনব হাংনবদ অকা অপুমব অমন নমসিনহল্লি। ইমোইন ঈমান কাংলোন অসি ভাক্লিব চনুরা অদুন থৌনিজবদ হয়াওন লাকপি, মহৈ পিবিরৈ হাল্লগা ঈমান লাইনিংথৌদ কোংদোকখি।

(viii) মপুরোইবন লম চংখিবদ মবুক মাংবী নুপী অদু লুপ্লা ওইগনি — মপুরোইবন অবাপ্ল মফমদ চংখ্রিঙৈদ মুমগী মুমরেম্বী অদুন ওক্লগব লীচং চংলবদি নুপা অদু লম্লক্ত সি, খুদোংথিব থোকই, সৈনাইদুন হল্লকই।

মপুরোইবগী হিপফম যমুং অদু নিংথিন ফম থাদুন ফিরোল লোইসিল্লগ হৌজিক হৌজিক হিপ্লরিবগী কাংলোন ভাক্ত থরাল্লমি কোনসিল্লগ মুম কোইরিবী নুপী অদুগী মপুরোইবদু লম্লক্ত সিব হোনদে।

(ix) সুমচিং হাইদোকপ লল চংদে :— য়াইসিং লমসেংদ মুমগী নুপীন মপানলোম্বদ হাইদোক হাইদোক্লগ সুমচিং সিংপ, লোইসিল্লকপদ মপান্দ হাইদোক্লগ লোইরব—অদুম তৌরবদি লল ফল চংলক্লগসু চংখিবন হেল্লগদবনি। চনিং ফাহোব থক ওমদে। অ্রাইবন সুমচিং মতোন থোমজিন লোইশদবনি। মতাং অসিদ হাল্লগদব ইমোইনু ঈমাগী মমিংসু লৈরি। মদুদি মুমাল্লোন ভম মতবদ য়েলহৌডৈদদি সিভাকপী অহলন ভরীনরম্মী। পাথংকাল লৈসাফাল মাঙখিবদগীদি কাংলোন নাইন থঙব অসি য়ানরে।

(x) মুমাং থেলোং লোম্রপুংদ লোক তিন সিংফদে :— পুক্সিগী অরোইবদ থেল্লগ ভৈহাক্তং লৈগদোরিব থেলোংগী মফম (সিবগী সং স্নানম্রিব মফম), লোম্রপুংদ নপ তিন লোক সিংতোকপ ইমোইনু ঈমান চংদে।

অসেংব থবাম্নগী লায় থোরম, পুম্নিগী য়াইক থোরম লাইম্নিং লৌব, লুহোংব, হৈজিংপোৎ, ঈপান থোরম, ফিরোই পুম্নমক পাংথোক্লিব মফম অসিদ তরু তরু থবক্রবদি লাইথো পুম্নমক্তা মহৈ ফংব য়াংলি।

(xi) য়ুম্বাক্লোন চৎপ নুপী নুপান সাজেল সাম্নগদবনি :— ইমোইনু ঈমান য়ুম অমগী নুপী নুপান চিংথেরোন চোংব, হকচাং সাজেল সামব উরগ চাক্লনকুমি। মথোয়গী মসাদ, য়াথলদ অনৌব মতীং য়েনবী।

(xii) চনিং থাকপ লল চৎই :— চেং ওম্নদ চনিং হনজিন্ন, য়েনসাং সেম্বদ য়েন্নিং হনজিন্ন, থাউ হৈবদ থাউনিং থাকপ, সেল পিথোকপদ নাইমসেল থাকপ মফমদ ইমোইনু ঈমান তুংহ্নন লৈ। তেংন তেংন পুক্কৈ ললগে কোংথোকপ য়ুমদ ইমোইনু ঈমান লৈতে।

(xiii) য়াচংবদ তুম ভৌহৈদে :— য়াচংব মতমদ থুমন সিদবগী সিন্থা মতমদ তুম্নবদি পুলিরোন কাংলোন কায়হ্নন অনৌব মতীং পিদে। লায়না লাইথুং লাক্কই। ইমোইনু ঈমান য়ুমগী নুপী নুপান য়াচংবদ ফমুং কাহ্নন তুম্নবদি চৎদে।

(xiv) মঙাং লুমাং থুমনবু অমুক—নুমিৎয়ুব—য়াচংবদ নিংসিংত্রব ইয়ু ও অসিবু চাক থোংবদ চেং থাহ্নন থুক্কমত্রব ইমুং অদুদ ইমোইনু ঈমান লৈনিংদে।

(xv) পীবা চনুরা ফমদিন্নব :— য়ুখাল পুন্সিদ লৈরব পীবা চনুরাসিংন মসাগী মপোক নুমিৎ, লাইগী থোরম নুমিৎ, মপা মমাগী মপোক নুমিৎ, অমদি য়ুখাল পাংদব থাবালসিংদ ফমদিন্নব মফমদ ইমোইনু ঈমান লৈনিংদে।

ফম্বী কাংলোন খঙন, নিংসা কাংলোন চুম, নুমিৎ থাবাল অফব য়েংন, মসা নায়,মনম নুংসিন,পুক্নিং মকা চাম্ন লাইবু নিংসিংহ্নন সমু চাবোক ইরোই চাবোক মমক খঙন নুপী নুপা তিন্নব অহ্নবুদি ইমোইনু ঈমান মীথোই মীহেন্ন, সকহেন অথোইব য়াম্না নিংথিব চাদা নাউদাবু পিবিরম্মী।

য়ারোয় :— অসুম্ন সাংন লৈত্রব ইমোইনু ঈমাগী কাংলোনসিং অসি কংলৈ চনুরা পুম্নমক পুমনৌ নৌন থিগৎতুন সিথক্লব চনুরাগী সঙ্গম অসি কম্নব হোংলকপ থোকই। য়ুম্বাক্লোনগী ফজত্রব পাউতাক মরাম অসি নিংসিংহ্নন তুংগী লম্বী মমসিল্লকব কংলৈপাক অসিদ চনুরাসিংন অওম্ন লৈচৎ-সাজৎ অম পুরকপ ওম্নবদি তুংগী লম্বী মমখিরোই। য়ুম্বাক্লোনগী কাংলোন মকম খঙজকত্রবদি কংলৈ খুনাই তাউরকনি, মীথা পোল্লকনি, মীপান তাংলকনি। ললগী লাইরেন্বী ইমোইনু ঈমাবু পাক্কন ইরাং থোরম তৌহ্নন ওজি নিংসিংনমক্লিব অসি মমল য়াম্নত্রব থোঙজং অমনি। মসিগী মথক্ত চনুরাসিংগী লমচৎ কাংলোনসিং অসিমগ থবক ওইন মতীং লৈন তাকপ ওম্নবদি কংলৈ চনুরাসিংগী মপান্দগী থাম্নওম্ন য়াইফব কংলৈপাক অম সেম্বদ কম্নিগী মায়থিরগনি। *

Regd. No. RN 34203/79 New Delhi Kangleikhol/Rs 4·00

*To*

Subscriber No ______

Name ______

Occupation ______

Address ______

______ P O, ______

If undelivered please return to the Kangleikhol, R. M. C Road, Imphal—795001 KANGLEIPAK

## চাং নাইন কংলৈখোল পাবিয়ু

সলাই পুন্সিফম থাগী পুথোকচব কংলৈখোল কংলৈ থুনাইসিগী সক্তম মাঙখিদনব লমচং লিচং সেমদোক্তুন মতীং সিজিন্নব ওম্নব সনামহি লাইনিংগী অচুম্ব-অসেংব মচু-মমেন হুদোক্তুন মমসিল্লুবব থুনাইসিবু ভাম্বোকহন্নবগী কাংলোন কয়া লেপ্প লৈতন তমসিনজরগ লিচিং অমত্তা ওইন অচুম্ব লম্বীদ পুম্ন চংমিন্নব য়ানবগী লেপ্প লৈতন লাউরিব খোঞ্জেলনি, অমত্তা ভাইন্নব চেক্ফোংনি।

চাং নাইন অরোৌব অম ওইবিয়ু,
অনৌব থুনাই সাগৎপদ মত্তেং পিনরসি।
—ভাঙোম্ব নিংথেম।

এনজী, কাংক্তিয়ান খোরী শাংজত্নুন সলাই পুন্সিফমগীদমক গীতা প্রিন্তরস, কাংভবম লৈকাইদ নম্মগ ইম্ফালদ কোংদোকচব।